কোংখবা—


**শ্রীমাইবম চন্দ্রহাসসিংহ**

চিংঙাম্বথক নাহৈরাকপম লৈকাই





অহানবা কোংবা—১৯৭০ ইং

কোপী—৫০০

স্বত্ব পুন্নমক অইবগীনি মমল—২'০০

নম্ফম—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল

# বাহৌদোক

শ্রীল শ্রীনরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশয়গী 'প্রার্থনা' বু মৈতৈ বৈষ্ণব সমাজনা কয়া লুনা তৌনবা হায়বত্থু অমুক নৌহৌনা হায়রকপগী কান্নবা লৈতে। উৎসব মেলাদা সংকীর্ত্তন্দা, লাইশংগী নিতি সেবাদা, বৈষ্ণবশিংগী নিতি সেবাদা ঠাকুর মহাশয়গী প্রার্থনা মতেক অমত্তং শকপা ঙংবা হায়বসি চৎনৈ। হৌজিক্কী মতমদা মৈতৈরোন্দা শকশোনবা কন্না চংনরকলে। মীতৈ গায়ক গায়িকাশিংনা হান্নগী বাঙ্গালা লোন্দা সুর ছন্দ পান্দুনা শক শোন্নবনি। অদুনা য়ারিবমথৈ হান্নগী সুর ছন্দথু কায়হন্দনা মৈতৈরোন্দা শক শোনবা য়ানবা হায়বসি মরু ওইনা আশা তৌজদুনা লৈরম লৈরম্বা শৈরেংগী মওং য়ারিবমথৈ কায়হন্দনা মৈতৈরোন্দা ওন্থোকপা হোৎনজে। মপা লৈতনা ব্রাংশ্রবা প্রেমভক্তিগী মহুং হুজিন্না থুপনা লৈশ্রবা লাইনিং লম্বীগী ওইবা অমদি কৃপা লৈরবা শ্রীল ঠাকুর মহাশয়গুম্বগী মকল্লবা খম্মোইগী ওইবা লোনবু ঐগুম্বা করিস্তু খঙজ-লৈজদ্রবনা ইমারোন্দা ফোংদোকপনি হায়না হোৎনজবসিদা হায়গদবদি হায়দা হায়রোইদবা হায়ত্থনা অপরাধ কয়া লঙশিজবা পামজবত্তগী হোৎনজবনি হায়না ঙাকপিগনি।

মতাং অসিদা পঙ্খোক্রবদি পেজদ্রবা হীরমদি—রাগানুগা ভক্তিগী লাইনিং লম্বীগী মঙাল মশাবু মাথুনা খিজবদা মরম কয়াদা তৌন্নববু লমজীংবিবা ইয়াম্বা শ্রীঅহন্মেম যুগীন সিংহনা "সাধক-কণ্ঠহার" কৌবা লাইরিক মচা অমা পাহুনা য়েংজৌ হায়না নোংমা ঐঙোন্দা পীবি। মতম কুইনা পুকনিংদা আশা তৌজরক-

লব। শ্রীল ঠাকুর মহাশয়গী পুস্তিগী দ্বারী অমসুং 'প্রার্থনা' লাইরিক-
সিদা থেংনজে। মফম সদ ফোংজরিবা প্রার্থনাগী মূল বাঙ্গালা
শৈরেংসি হায়রিবা লাইরিক অসিদগী লৌথোকচবনি। মরম
অসিনা ভগবানগী থৌইনশিন্দগী থবক অসিদা ঐবু ইনশীনবিখিবা
ইয়াম্বা শ্রীযুগীনসিং অমসুং সাধক কণ্ঠহার কৌবা লাইরিককী
সম্পাদক শ্রীমৎনিত্যস্বরূপ ব্রহ্মচারীগী মফমদা মপোকসিমগী
লম্বল তোঞ্জরবনি।

ইঙেন পূর্ণিমা
তাং ১৮।৭।৭০ ইং

**শ্রীকুলবিধুসিংহ।**
এলাংবম লৈকাই

# ঠাকুর মহাশয়গী মরমদা থরদং

শ্রীশ্রীনরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশয় খেতরী গ্রামদা রাকচিংগী পূর্ণিমা নুমিত্তা পোকাখ। খেতরী গ্রাম হায়বসি বঙ্গদেশকী মনুংদা রাজসাহী জিলাগী মনুংদা মতমত্তগী গড়ের হাট কৌবা পরগণাগী মনুংদনি। মতমত্তদা খেতরী অসি পীকলবা জমীদারী রাজ্য অমগী কোনুং ওইরমই রাজা কৃষ্ণানন্দ দত্ত কৌবা উত্তর রাঢ়গী কায়স্থ জমীদার অমনা রাজ্য অসি ঙাক্তনা খেতরীদা লৈরমই। মাগী নারায়ণী কৌবা রাণীগী গর্ভদা শ্রীনরোত্তম পোকখি। শ্রীনরোত্তমনা পোকখিবসি শকাব্দ ১৪৪৩ নত্রগা ১৪৪৪ দা ওইগানি হায়না অহৈ-অশিংনা লেপনৈ। মানা পোকলবা মতুংদ মতম খরাতগী মতুংদ, শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা অকোংবা লীলা লোইশিন্দুনা থুপখি।

পিশক পিকলিঙৈদগী নরোত্তম অসি মী থ্বাইগী মাপ্পদবা তাপ তোপ্পা মগুণ অমগুং মশাগী প্রতিভানা লৈতেংই। মঙোন্দা বৈষ্ণবকী হোনবী মেঙলবা নাংথবা মতৌ উবা ফংই। নরোত্তমনা নুমিৎ থুদংগী কৃষ্ণদাস কৌবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী মফমদা শ্রীগৌরাঙ্গগী নুংফাওববু মহী চেলহনবা ঙম্বা নিংথিজরবা তোপ্পবা-তারবশিংবু লানাবরা লালাগা রারীসি মথরাক য়াওনা তারমই। অস্তুমনা রারাস তানা তানা থ্বাংগী অঙাংগা মাপ্পত্রবা নরোত্তমগী নিংথিরবা লৌথুপ লোকোই লৈত্রবা থম্মোইসি তাপ মথল অহুমনা চাকশবা মাঙবা নাইবা জগৎ আসদগী রাংমা লানাখত্তনা করি-গুম্বদা স্বর্গগী নুঙাইবদা লুপাখবগুম তৌই। রারী অসি অস্তুম খরক্তুনা মহাপ্রভুনা সন্ন্যাস ওইখিবগী নুংশিরবা রারীসি হেক

তাবা চুমিং অতুদগী নরোত্তমগী থম্মোই অসি তপথনা লৈবা ঙমদবা কাবিগুম্বা মও অমা ওইত্রে—মওংসি উবদা রারী লীরিবা কৃষ্ণদাসগী পূর্ণানংদা অঙকবা পোকখি। হায়রিবা থৌদোক অসিগী মতুং চুমিং থরনিদগী মতুংদা কালিঙ্গীববু লানবিগে হায়না অবতার তৌবিরলকবা শ্রীশ্রীমহাপ্রভুগী অফোংবা লীলা লোইশিনখি। রাসি হেক তাবমক্তদা নিংথৌগী মচানিপ নরোত্তম লৈমায়থক্তা রান্থহনা তাখি মাগী মরূপ মপাং ইমুং মঙ্গুংগী মী—ময়াম চঙহনা য়ামনা রানা হোৎনহনা জ্ঞান লাকলবা মতমদা ময়ামনা অঙাং অসিবু মথল মথা অয়াম্বা রাহৈনা থেমজিনখি। হৌজিক মহাপ্রভুনা থুপপ্রবস্ত ইবুঙো মাগী মমিং চৎলবা অচানবা মনাই অয়াম্বা তেংবানবগী উপকার তৌনবগী দমক শ্রীবৃন্দাবনমচিংবা ধামদা লৈরি হায়বা রাসি তাবদা নরোত্তমগী গৌরাঙ্গ-কায়নবগী মৈনা চাকলবা থম্মোইসি থজিক্তুং পোথাবা ফংখি। হায়রিবা চুমিং অসিদগী হৌনা নরোত্তমগী থম্মোইদা শ্রীধাম বৃন্দাবন দর্শন ফংনিংবগী অকনবা আশা অমা পোকাথ। মতম অসিদগী হৌনা নরোত্তমনা অঙাং ওইবগী শান্নবা খোৎনবা পুমতোক তোকখিহনা মতম অয়াম্বদা 'হা গৌরাঙ্গ' হায়না কৌহনা কপ্পুনা লৈখি—লাইরিক লাইশু তম্বদসু থোহনা মপুকনিং চঙখিদ্রে। গৌরপ্রেমগী অমৃতগী সমুদ্রদা নরোত্তমগী থম্মোইসি লুপ্পুনা লৈদ্রে।

অস্সুমনা হায়নবা লৈ—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা সনাতন গোস্বামীদা দর্শন পীবীগে হায়না রামকেলী গ্রামদা লেঙলকপা মতমদা, পদ্মাবতীগী রাংমদা লেপলগা মহাপ্রভুনা 'নরোত্তম' "নরোত্তম" হায়না কৌবরম্মি। নরোত্তমনা পোকলকলিবসি শ্রীমন্মহাপ্রভুনা

কৌবিখিবত্থদগীনি। অসুমনসু হায়নৈ—শ্রীমন্মহাপ্রভুনা ইবুঙো মাগী অচানবা মনাই নরোত্তমগীদমক মহারত্নগী মশক ওইরবা 'প্রেম' হায়বা পোৎশকু লাইবকফনী পদ্মাবতীগী তোর্ব্বান্দা কুমত্থনা থম্মিমরই। নরোত্তমনা নোংমা মমঙদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু দর্শন ফংখি; প্রভুনা মমঙত্থদা তাকপিখি "নরোত্তম! হয়েং অয়ুক ঙন্থা হৌগত্তুনা পদ্মা তুরেন্দ স্নান তৌরু; মফমত্থদা নংগীদমকনি হায়ত্থনা শ্রীগৌরাঙ্গনা প্রেম থম্মিরম্মনি"।

নোং হেক ঙানবগা ঙন্থানা হৌগৎলগা নরোত্তমনা শ্রীনিত্যানন্দগী য়াথং মতুং ইন্না পদ্মা তমনা চেন্দখ্রে। স্নান লৌইরত্থনা পদ্মাগী তোর্ব্বান্দা হেক কাথংলকপদা নরোত্তম - বাহ্যজ্ঞান মাঙখ্রত্থনা অঙাওবগী মতৌগুম ঙগোই শারকলে। নরোত্তম ঙাওখ্রে— অত্থবু চুমনগী মঙাওদি নত্তে ব্রহ্মা-শিবনচিংবনা চহি-চা কোটি কয়া চুপনা প্রেম থকচরগ ঙাওজগে হায়না তৌজরিবা, যোগীন্দ্র-মুনীন্দ্র কয়ানা ফংঙমদ্রবা অত্থগুম্বা প্রেমগী মঙাও অত্থনি ঙাস নরোত্তমনা ওইরিবসি।

কোন্থংদা নরোত্তম হুপ্পক্ত বত্থদা নিংথৌ কৃষ্ণানন্দন মাইকৈ মরিদা মা পারকলে। রাণী নারায়ণীনা মচাগী মৈনা কলাখবনা ঙাইঙমদত্থনা মশামক পদ্মা তুরেন তান্ন চেঙ্কলে। তোর্ব্বান্দা মচা থেংনরবদা রাণীনা মচাবু মথাদ হুংশিন চুপ্পকপদা নরোত্তম জ্ঞান তারকলে। ময়াম চঙগ্রনা খুল মথ, অয়াম্ব রাহৈনা শেমত্থনা য়ুমদা পুরকলে।

হুমিৎ অত্থদগী হৌনা অনৌবা ভাবকী ঈথক অমনা নরোত্তম অসি মতো অমা ওইখ্রে। মাগী নোকপা, কপ্পা, পাখৎপা, মশাবু

তোম্থনা খঙবা অসিনচিংবা অঙকপা সাত্বিক বিকার উরুবদা অতোপ্প মীদি লায়বক্তনা মপামমামকন নরোত্তমসি ঙাওরে হায়না খনগ্রে। অত্তবু শ্রীভগবানগী ভক্ত ওইরবা বৈষ্ণবশিংনদি শাৎকায় দোৎরবা প্রেমগী থম্বাল চাম্মনিপান্দু উবদা—হায়রিবা প্রেমগী থম্বাল অসি মপূং ফানা শাৎকায়রকপগী নিংথজংত্থু উবা ফঙদবা অত্তগুম্বা লাইবক ফবগী মতমত্থু কুম্বরোষ্ট হায়বা খঙনথি।

মতম অসিদগী হৌরক্তনা নরোত্তমগী অঙকপা প্রেমগী মুংশিরবা মনমসি মায়কৈ মরি শীনবা থুংনা শম্মোকখ্রে। জায়গীরদারমকনা মাগী মগুণ তাবদা নরোত্তমবু অমুক্তং উনমিংই হায়না কৃষ্ণানন্দদা পাউ থারকলে। রাজা কৃষ্ণানন্দনা মানিং-য়ানিংদনা মচাবু জায়গীরদারগী ময়ুমদা চৎননবা হায়রকলে। নরোত্তমদি করম্বা মতমদা অমুক্তং শ্রীধাম বৃন্দাবন দর্শন ফংগদগে হায়না মথন্নাই ন্নানা ঙাইরম্বত্থ—হন্দকী মতাংসি খুদোং চারে শক্তকনা তরাওবনা তুজুংখ্রে। মতম চানা ময়ুমদগী জায়গীরদাগী ময়ুম পাংনা যাত্রা তৌরকলে। খরা চৎলগা লম্বেল পৈরক্তুনা শ্রীবৃন্দাবনগী লম্বেল পাংনা চেনবা হৌরকলে। চাগদ চাদে. তুমদ তুমদে. মথল মথা অয়াম্বা খুদোংথীবা নষ্কাত্তুনা শাংকবা লম্বেল অত্তদা পোথাবা নাইদনা চৎলকলে,— মপুক্তা করিস্থু ন্নাবিদে. করিগুম্বা চিংনবা অমত্তবু লৈতে। মপা মমানা লুনা চান্না য়োকচরকপা নিংথৌগী মচানি—করিগুম্বা হতনদম্ব অসুম তোনা মখোঙনা লমশাঙ চৎপদি থেংনখিত্রি ; থোৎলবা খুয়াদা তিংখং য়ুরে ; মৈ-হোনা শারবা লৈঙোইনা মখোঙ পোকলে ; অত্তবু কারস্থু খল্লুদে—মখোঙ নাবা ফাওদে—চেল্লকলে অঙাং ওইরিবা নরোত্তম! মাগী থম্মোইবু

করিনে। অমনা অসুক্কী মতিক কন্না চিংখিবনা কদোমদনো মানা চেল্লিবসে হায়বা মশামক নিংথিব, খঙবা ঙম খদে। মানা খল্লিবা হায়বতবু- কয়ানি ৈশেরগা শ্রীধাম বৃন্দাবন ফংগবা! শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন, শ্রীজীব শ্রীগোপালভট্ট অসিনচিংবা থৌজাল হৈবদা মপা লৈত্রবা গোস্বামীশিংগী দর্শন্দুবু ঐবু ফঙ্গদোরিব্রা! শ্রীশ্রী- লোকনাথ প্রভুনা ঐবু কৃপ তৌবিগদ্রা! কয়া ব্রাংলিবা বৃন্দাবনগী সাধু-ভক্ত মহাজনশিংগী থুয়াগী উফুল ইকোক্পথক্তা হাপ্পা ফংজগদবা! গোপীনাথ, মদন মোহন্না কদৌঙৈনো গঙোন্দা দর্শন পীনগদোবা! গোপীগী পদ রেণু য়াওরব শেংলবা ব্রজগী রেণুত ফংজনা চাকলবা থম্মোইসি কদৌৈ ইঙ্গব। অসুমনা খল্ল খল্লদুনা "হা গৌরাঙ্গ! প্রাণ গৌরাঙ্গ!" হায়ন শোল্ল-শোল্লদুনা অহিং নুংশিল নাইদনা চেল্লকলে।

রাজকুমারগা জায়গীরদ বগা উন্নত্তনা ব্রারী শাগনি হায়বন্ত দ কদায়। অত্তগা অচৎ চৎ জীব শা, উচেক ফাওববু পুকনিং পেৎহনবা প্রেমগী মীরূপ আসনা কদাদগীনো! গৌরপ্রেমদা মাদৌনা লুপ্তিব্রা কনানা কারি ভাবনে হায়বসি করমন ঙ্গনি! নরোত্তমগী গুহৎ খ্রবা ফীভমগী চাউরাকপা মবমদ মথাগী ব্রাক্ষম সিদগী বৈষ্ণব সমাজন ব্রাশন্না উ বব ঙমলগনি: রাজা কৃষ্ণানন্দনা মচানপাহ্ বৃন্দাবন লোমদা চংখ্রে হায়বা পাউ ফংলত্তনা উন্নবা মফমদগী ফাত্তনা পুরকউ হায়দুনা মী থব থাখি। মীশিংত্তনা নরোত্তমু থেংনরবদা অঙাং অসিগী বৃন্দাবন যৌনিংবগী অকনবা অচেৎপা পুকনিং, মাগী নিংথিবা পাউতাক অমসুং ককপা ঙমত্রবা যুক্তি তারবদা জমীদারগী ফন কনবা হুকুম পুহন লাকলবসু অঙাং-

ত্থবু ফাবা ঙমল্লে—মায়থীত্থনা য়ুমলোমদা হল্লকখি। হায়রিবা মতম অসিমক নরোত্তমগী চহি তরাতরুক্কী মতাংনি।

অসোমদা নরোত্তমনা শ্রীবৃন্দাবন য়োরবা মতমদদি, শ্রীরূপ অমসুং শ্রীসনাতন গোস্বমী প্রভু অনিদি থুপখিরমলে—পঙকুইদি কুইথিদ্রি। পাউসি তাবদা নরোত্তম লৈপাক্তা ওন্থোইনা বিলাপ তৌজখি। থুনমক নরোত্তমসি শ্রীজীব গোস্বামীনচিংবগা উন্নজরে। গোস্বামী-শিংনা নহা ওইরিবা নরোত্তমগী অংকপা প্রেম অমসুং ভক্তি উবদা থোইদোকনা পেনবিখি অমসুং মাবু সুংশিনা চান্না তৌবিখি। মতম অসিমক্তা মমিং চংলবা শ্রীনিবাস আচার্য্যসু শ্রীবৃন্দাবন্দা থুংলমই অনিসিবু শ্রীব্রজমণ্ডল দর্শন ফংহন্নবগী থবকসি শ্রীজীব গোস্বামীনা শ্রীরাঘব পণ্ডিত গোস্বামীদা শিন্নখ্রে।

অত্থুগী তুংদা নরোত্তমনা শ্রীলোকনাথ গোস্বামী প্রভুবু দর্শন ফংজরুবদা, গোস্বামাগী চরন্দা মশ কথোকখি। শ্রীলোকনাথদি কনাদসু দীক্ষা পীরোই হায়বা ব্রাশক অমা লৈরমই। নরোত্তমনা মাগী অভিষ্টদেবগী তমথীরবা ব্রাশক অসি থঙলকপা মতমদা ওন্থোকনমক থম্মোই শোকখি, অত্থবু মানা কুইনা নিঙজরকলবা আশাত্থ পাক হেক থাদোকখিদে। মহাকনা য়ামনা লোংনা কনা অমত্তা খংহন্দনা গোস্বামীপাদগী সেবা তৌবা হৌখি।

নরোত্তমনা হায়রিব মতমসিদগী মাগী অকনবা আশা অমসুং নিঙহন্নব নাইদব থাজবগা লোয়নন মতৌ করমনা গোস্বামী প্রভুগী অরোনবা সেবা পাঙথোকখিবা হায়বত্থ বৈষ্ণব সমাজনা খঙদবা তাদবা লৈত্রবা রাফমনি। হায়রিব রারীসি তাবদা তুজুংদবা কন য়াওবগে? শ্রীলোকনাথনা মাগী অরোনবা মনাইসি কনা

ওইরিগবা হায়বসি খওনিংবনা লাশুতকনরকলে। নোংমা নোং ঙাল্লিরৈঙদা খঙহৌদনা মপান্দা হেক লেঙথোকরকপদা নিংথৌগী মচানিপা নরোত্তমগী তৌরমলিবা মতৌবু শ্রীগোস্বামীন থেংনখ্রে। নরোত্তমদা মানা তৌরমলিব থবক্নুগী মরম হংলুবদা গোস্বামীগী চরন্দা তুরগা মাগী মপুকনিংগী অকনবা পাম্জবদু হঙ্গৎচরকপদা শ্রীলোকনাথ গোস্বামীনা শাঙবা ঙমদ্রবন থৌজানগা লোয়ননা তাকপিখি "মাতবু ফংগে হায়ন খ্বাইনা ভজন তৌনরিবা, অদু-গুম্বা প্রেমদু নংগী থম্মোইদা ফাওরেদন।" অসুমনা তাকপিরগা শ্রীলোকনাথ গোস্বামীনা নরোত্তমগী নিউজ্জরিবা পুকনিং থুংহনবিগে হায়বা ইঙ্গিত তৌবিখি। অদুম ওইনমক চহি অমগী মতমদি নরোত্তম গুরুদেবগী সেবা তৌদুনা মতম ঙাইজখি। মমৈদা চহি মপুং ফারবদা শ্রাবণগী পূর্ণিমা নুমিত্তা নরোত্তমনা শ্রীশ্রীলোকনাথ গোস্বামী প্রভুগী মফমদগী দীক্ষা ফংখ্রে।

শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লৈবা মতমদা শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু অমসুং শ্রীশ্যামানন্দ প্রভু অনিসি নরোত্তমগী সঙ্গ ওইরমই। শ্রীজীব গোস্বামীনা অহুমসিবু হেক লৈরিবা ভক্তিশাস্ত্র খিবিক তম্বিখি। অহুম্মকসি গুরুগী কৃপাদগী অমসুং মাগী মাগী অঙকপা প্রতিভানা মরম ওইদুনা মতম খরতগী মনুংদা মপা লৈতবা পণ্ডিত ওইনখি। থোইদোক হেন্দোকনা শ্রীজীব গোস্বামীনা নরোত্তমদা "ঠাকুর মহাশয়" হায়বা মিংথোল অসি পীবিখি।

বাঙ্গালা দেশদা ভক্তিগী লাইরিক শন্দোকনবা হায়দুনা শ্রীজীব গোস্বামীনা নহা ওইরিবা মাগী ছাত্র অহুমসিদা লাইরিকন পিক থন্না হাপলবা উপু অমা পুবিনবা মী খরগা লোয়ননা পীরগা

থারকলে। অদুবু লম্বেন্দা বনবিষ্ণুপুরগী নিংথৌ বীর হাম্বিরগী ডাকু কাণ্ডবু অমনা হায়রিবা উপুসি হূদুনা পুথি। হূখ্রিবা লাই-রিকশিংসি থিবা ফংবা ভস্ব। য়েংগে হায়দুনা শ্রীনিবাসাচার্য্য প্রভুদি লাইরিক মাঙখিবা লমদুনা অদুম লৈহৌরে অমসুং মানা হায়বদগী ঠাকুর মহাশয়না শ্যামানন্দ পুদুনা খেতরীদা লাকথি। মানা য়ৌরকপসিদা খেতরী অসি শিরুবদগী হিঙংলকপদু মঙায়খ্রে। মপা মমা, শাগে নাতৈ, অমসুং মরূপ মপাং পূমনমক নরোত্তমবু অমুক ফংবসিদা হরাওরে।

মতৌ অসুমনা মতম খরা য়ুমদা লৈরগা ঠাকুর মহাশয়না মথং মথং শ্রীধাম নবদ্বীপ, শান্তিপুর, ত্রিবেণী অসিনচিংবা অশেংবা তীর্থ অমদি শ্রীগৌরাঙ্গমহাপ্রভুগী অমসুং হবুডোগী পার্ষদশিংগী নীংশীং-থুদম লৈবা মফম কয়া দর্শন তৌথি। অদুদগী ঠাকুর মহাশয়না শ্রীনীলাচল ধাম য়ৌথি। মফমসিদা মহাপ্রভুগী অচানবা মনাই কয়া উন্নথি। শ্রীগৌরাঙ্গ কান্নবগী ৱাদুনা লৈরমলবা মনাইশিংনা নরোত্তমগা উন্নবদা হরাওনখি। মথংদা শ্রীখণ্ড য়ৌরক্লুনা শ্রীনর হরি ঠাকুর মহাশয়গা উন্নখি। অদুদগী কাটোয়াদা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শম ফুমথিবা শেংলবা সমাধি দর্শন তৌখি। মতৌ অসুমনা মথল মথা অয়াম্বা তীর্থ কয়া কোয়রুরগ মমৈদ খেতরীদা অমুক হল্লকখি।

মতম অসিদগী হৌরদুনা খেতরী হায়বা মফমসি অনৌবা মওং অমদা ফজবদা মমিং চংলকলে মঙ্গলগী মশক ওইরবা শ্রীহরিনাম সঙ্কীর্তনগী মুংশিরবা খোঞ্জেল্লা, পুং করতালগী মুংশিরবা তালনা খেতরী অসি পূমনীন নিনথরে অনৌবা ময়েক, অনৌবা ইশৈ, অনৌবা সুর অমসুং অনৌবা ভাবতা ইনৌ-নৌবা নিংথিজবা মওং

অমা মাইকৈ মরিদা শন্দোরকলে। ঠাকুর মহাশয়না হৌদোকখিবা 'গরাণ হাটী' হায়রগা খঙনবা কীর্ত্তন অসি মতম অসিদগী মমিং চৎপা হৌখি। গড়ের হাট কৌবা পরগণাদা ইহান হান্না হৌখি হায়দুনা কীর্ত্তনসিবু 'গরাণহাটী" হায়না খঙনখি।

খরা লৈরগা শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না মতম অমত্তদা খেতরীদা শ্রীবিগ্রহ তরুকথক লিংখৎখি। মথংশিংনা তরুক্তগী নাম গৌরাঙ্গ, বল্লভীকান্ত, শ্রীকৃষ্ণ, ব্রজমোহন, রাধারমণ অমসুং রাধাকান্ত কৌই। লমদা থাগী পূর্ণিমা নুমিত্তা শ্রীবিগ্রহ তরুকমক অভিষেক তৌবগী চাউরবা মহোৎসব অমা পাঙথোকখি। মতমতুগী হেক লৈরিবা বৈষ্ণব খিবিক বার্ত্তন তৌদুনা কাওবু কাওবু খেতরীদা তিন্নখি। লফুপাম্বী, হৈনৌ মশা, লৈ, তুলসী, ধূপ, গন্ধচন্দন অমদি ঘী থাউমৈগী নিংখিরবা মঙান্না খেতরী অসি বৈকুণ্ঠতু-মঙায়খ্রে। ঠাকুর মহাশয়গী অনৌবা সুরদা অনৌবা তালদা 'গরাণহাটী কীর্ত্তন" হৌগৎলকপদা তিন্নিবা বৈষ্ণব খিবিক অসি পূমসুম শুদ্ধৎখিরমই। কীর্ত্তনগী মুঙাইবদা লুপলবা রাজা কৃষ্ণানন্দনা মাগী লৈজবা লম্থ্মমথৈ খাকপা লৈতনা য়েঙ্খোকখি। ধন্যনি কীর্ত্তন অদো, ধন্যনি মহোৎসব অদুবু লিংখৎখিবা! হায়রিবা মহাসংকীর্ত্তনসিনা স্বর্গ-মর্ত্ত্য অমত্তা ওইবগুমখি। হায়নবা লৈ—মহাসংকীর্ত্তনগী রাসরঙ্গ অসিদা সংকীর্ত্তন-রাসবিহারী শ্রীগৌরহরিনা ইবুঙো মাগী ভক্ত ময়ামগা লোয়ননা লেঙবিরকখি। অসিগুম্বা মহাসংকীর্ত্তনগী রাবু কনানা করম্বা লোম্না কোংদোকপা ঙমগবনো! ভাবুক ভক্তশিংনা রাথনগী মীৎয়েংনা অঙকপা কুম্মৈহু য়েংবিগদবা'মঙায়রে।

উৎসব অসিদা শ্রীনিবাসাচার্য্য প্রভুগা লোয়নরদুনা অপোইবা ভগবানগী ভক্ত ওইরবা শ্রীরামচন্দ্র কবিরাজস্ খেতরীদা লাকখি। শ্রীরামচন্দ্র কবিরাজ অসি ঠাকুর মহাশয়গা অমুকী মতিক লুনা তিন্নখি—থাদোকনবা ঙমদহুনা কবিরাজ মহাশয়সি ঠাকুর মহাশয়গা খেতরীদা অহুম লৈমিন্নখ্রে।

মতম অসিদগী হৌনা ঠাকুর মহাশয়গী অঙকপা নাম-প্রচার হৌখ্রে। মহাশয়গী নিংখিবা পাউতাক তাবদ মী কগা কয়ানা দীক্ষা লৌহুনা পোকপগী মহৈ য়ান্নখি। ঠাকুর মহাশয়সি কায়স্থনি: অহুবু ব্রাহ্মণ কয়ানা অমদি মীকোক খোংবা কয়ানা মহাশয়দা দীক্ষা ফংখি। হীরম অসিদা মহাশয়বু য়াদবা কাওবুনা সমাজদা চাউরবা ঈরাং অমা হৌহনখি। অহুবু যুক্তি তর্কদা ঠাকুর মহাশয়গী দক্না মপুংফানা জয় ওইখি। মাংথীরবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংহুনা মথৱাই সুংঙাইত্রহুনা রাজা নরসিংহগী মফমদা রাকংলুহুনা ব্রাহ্মণা কায়স্থদা গুরু ওইবসি থিংবিনবা হায়রুরে। রাজা নরসিংহনা পণ্ডিত ময়াম অমা লোয়নরহুনা খেতরীগী মনাক্তা লাক্লুনা মকম অমদা থুংকম শেমলগা ঠাকুর মহাশয়দা পাউ থারকলে। মতম অহুদি ঠাকুর মহাশয়দি তর্ক বিতর্কগী থবকসি থাদেংকলহুনা মতম চুপ্পা ভজন তৌহুনা মতম লেনখ্রবনি। মরম অহুনা নিংথৌনা কৌবসিদা ঠাকুর মহাশয়দি লেঙথোরক্তে। শ্রীরামচন্দ্র কবিরাজগা ঠাকুর মহাশয়গী শিষ্য শ্রীগঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তী মহাশয়গা অনিসি লাক্লুনা নিংথৌনা পুরকলিবা পণ্ডিত কাওবুহবু মপুংফানা মায়থীবা পীখি। মরৈ য়েংনবদা চুমনত্তা মায়থীরে হায়বত্তা নত্তে—সাধুসঙ্গ তৌরুবগী অঙকপা মগুন্না অমদি নিংখিরবা ধর্ম্মগী

পাউতাক তাঙরুবদগী রাজা নরসিংহ, মাগী রাণী রূপমালা অমসুং লোয়নরকপা পণ্ডিত মন্নামন্ত থান্দনা ঠাকুর মহাশয়গী শিষ্য ওইখি। লংলবা বৈষ্ণবগী মণ্ডলদা নাপন্না অসুমনা মায়থীবা উব-সিদা নাপনবু মন্ন ফংনা মাঙহনবিবা শ্রীহরিনা চঙজরকপা মনাইবু চানবিবা অসিগুম্বা রাসি তাবদগী লৈবাক শীনবা থুংনা বৈষ্ণবশিং-না হরিধ্বনি তৌরকলে। অসিদসু নত্তনা খৌজালগী মশক ওইরবা নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না তোল্লবা তারবা কয়াবুসু লানবিখি।

অসুম তৌনা মতম থরা খেতরীদা লৈরমলগা শ্রীরামচন্দ্র কবিরাজ মহাশয়দি শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা চৎথ্রে অমসুং মফম অত্তদগী অমুক হন্নকখিত্রে। চাম্নরবা মরূপসি কায়নবদগী ঠাকুর মহাশয়সি অতৈ কনাগসু খোইনা র-লান ভাঙনখিত্রে। 'প্রেমস্থলী' কৌবা লাইনিংফমদা অহিং সুংথিল নাইদনা মতোমত্তা লাই নীংথুনা লৈখ্রে। মতম পূম্বদা ভগবানগী স্মরণদা পুকনিং লুপখিত্নুনা মিত্তগী শিম্বরকপা পিনা অতৎ অথম নাইখিদে। মতম অসিদা থম্মোয় শিনগাইদুনা হৌরকপা শ্রীঠাকুর মহাশয়গী প্রেমগী ঈথক-ইপোমদগী চেম্বরক্তুনা "প্রেমভক্তিচন্দ্রিকা," "প্রার্থনা" অসিন-চিংবনা লাইরিকী মওং লৌত্নুনা বৈষ্ণবজগৎপু হৌজিক ফাওবা ভালহনবিরি

---

# শ্রীল নরোত্তমদাস ঠাকুরগী

# প্রার্থনা

(১)

গৌরাঙ্গ বলিতে হবে পুলক শরীর।
হরি হরি বলিতে নয়নে ব'বে নীর॥
আর কবে নিতাইচাঁদ করুণা করিবে।
সংসার বাসনা মোর কবে তুচ্ছ হবে॥
বিষয় ছাড়িয়া কবে শুদ্ধ হবে মন।
কবে হাম হেরব সেই বৃন্দাবন॥
রূপ রঘুনাথ বলি হইবে আকুতি।
কবে হাম বুঝব সে যুগল-পিরীতি॥
রূপ রঘুনাথ পদে রহু মোর আশ।
প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তমদাস॥

(১) (প্রার্থনা)

গৌরাঙ্গ শোনবদা হকচাংদা তুজুংগনি।
হরি হরি শোনবদা মীত্তা ঈবা চেনগনি॥
অত্থগা কৈদৌঙৈ নিত্যাইনা চানবিগনি।
সংসার বাসনা কৈদৌঙৈদা থাদোকনি॥
বিষয় থাদোক্‌লুনা পুকনিংসি শেংগবা।

কৈদোউঙৈদা ঐনা বৃন্দাবন উজগবা ॥
রূপ রঘুনাথ শোনবা পামজগবা।
কৈদোউঙৈ ঐনা অনিগী প্রেম * খণ্ড্জগবা ॥
রূপ রঘুনাথকী চরন্দা লৈজগে আশা।
প্রার্থনা তৌজরিয়ে নরোত্তমনা তত্তুনা ॥

(১)

হরি! হরি! কি মোর করমগতি মন্দ।
ব্রজে রাধাকৃষ্ণ পদ, না ভজিনু তিল আধ,
না বুঝিনু রাগের সম্বন্ধ ॥
স্বরূপ সনাতন রূপ, রঘুনাথ ভট্ট যুগ,
ভূগর্ভ শ্রীজীব লোকনাথ।
ইহা সবার পাদপদ্ম, না সেবিনু তিল আধ,
আর কিসে পুরিবেক সাধ ॥
কৃষ্ণদাস কবিরাজ, রসিক ভকত মাঝ,
যেঁহো কৈল চৈতন্যচরিত।
গৌর-গোবিন্দ লীলা, শুনিতে গলয়ে শিলা,
তাহাতে না হৈল মোর চিত ॥

---

* 'অনিগী প্রেম'—শ্রীরাধামাধবকী অমনা অমদা লৈবা প্রেম। প্রেম অসিদি খণ্ডবা পাক হেক ওযনদে। মসিবু খণ্ডপ্রবদা সংসারগী জীবগী চহবা রসগী প্রেম অদুবু পাম্মক্তে অমসুং সংসার মায়াদগী লাহোকপা ঙমই। অদুমনি ঠাকুর মহাশয়না "কৈদোউঙৈ খণ্ড জগবা" হায়না প্রার্থনা তৌরিবনে।

সে সব ভকত সঙ্গ, যে করিল তার সঙ্গ
তার সঙ্গে কেনে নহিল বাস।
কি মোর দুঃখের কথা, জনম গোঙাইনু বৃথা
ধিক্ ধিক্ নরোত্তম দাস॥

(২) ( মোঙবা )

হরি! হরি! ঐগী কর্ম্মে-থোঙ্‌চৎ কত্রমাগে।
রাধাকৃষ্ণগী চরণবু, নীংলুত্রে থোয়দিং মথায়'স্থু,
রাগগী মরীস্থু * থঙ্‌লুদরে॥
স্বরূপ সনাতন রূপ, রঘুনাথ ভট্ট অনি, †
লোকনাথ ভূগর্ভ শ্রীজীব।
থ্বাইগী চরণ শম্বান্দা, সেবা তৌহৌত্রে করি'মতা,
কররমনা থু'গনি অনীংব॥
চৈতন্যচরিত ইরম্বা, ভক্তলক্তা রস থঙ্‌বা,
কৃষ্ণদাস কবিরাজনিদো।
গৌর-গোবিন্দ লীলা, তাবদা নুংবু শোদোকপা
মাত্থদা পুকনিং লুপলুত্রেদে॥

---

* রাগগী মরী হায়বদি শ্রীমতি রাধিকানচিংবী ব্রজদেবীশিংনা রাগনা মরম ওইদুনা কররমনা শ্রীকৃষ্ণবু কংবগে হায়বত্বুনি। অমরোমদনা রাগগী মরী হায়বদি রাগানুগা ভক্তি চংপা মরীমতা ভক্তশিংদা মুংশিবা পোকলুত্রে হায়বনি। অদুবনি মথংদা স্বরূপ সনাতননচিংবা হায়দুনা শীংথারকালবসি।

† ভট্ট অনি—শ্রীগোপাল ভট্ট অমসুং শ্রীরঘুনাথ ভট্ট; রঘুনাথ —শ্রীরঘুনাথ দাস।

ভক্ত পূম্বতুগী সঙ্গ, তৌজহৌবা মানা সঙ্গ,
মাহুগসু লৈমিম্নহৌদেদা !
ওস্থোকপনি অরাবনি, অরেম্বদা হৌগ্রে পুল্লিসি,
তোল্লিদা নরোত্তম তোল্লিদা ॥

(৩)

রাধাকৃষ্ণ ! নিবেদন এই জন করে।
দোঁহ অতি রসময়, সকরুণ হৃদয়,
অবধান কর নাথ ! মোরে ॥
হে কৃষ্ণ গোকুলচন্দ্র ! হে গোপীজনবল্লভ !
হে কৃষ্ণপ্রেয়সী শিরোমণি !
হেমগৌরী শ্যাম গায়, শ্রবণে পরশ পায়,
গুণ শুনি জুড়ায় পরাণী ॥
অধম দুর্গতি জনে, কেবল করুণা মনে,
ত্রিভুবনে এ যশঃ খেয়াতি।
শুনিয়া সাধুর মুখে, শরণ লইনু সুখে,
উপেক্ষিলে নাহি মোর গতি ॥
জয় রাধে ! জয় কৃষ্ণ ! জয় জয় রাধে ! কৃষ্ণ !
কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! জয় জয় রাধে !
অঞ্জলি মস্তকে করি, নরোত্তম ভূমে পড়ি,
কহে দোঁহে পূরাও মন সাধে ॥

(৩) ( প্রার্থনা )

রাধা কৃষ্ণ ! হঙ্গৎচরি ননাইসিনা।
অনিমক রসময়নি, থৌজানগী থম্মোইনি,
চানবিয়ু ইবুঙো ননাইদা ॥

## শ্রীল নরোত্তমদাস ঠাকুরগী প্রার্থনা

হে কৃষ্ণ গোকুলগী থা ! হে গোপীশিংগী চান্নবা !
হে কৃষ্ণগী চান্নবী অথোইবী ।
সনাগী কুচু শ্যামগনি, তাবা কংজৈ নাকোংনদি,
গুণ তাবদা ঈংজৈ থব্রায়সি ॥
তোন্নবা তারবা মীদা, থৌজাত্ত পীবিদো হেক্তা,
মরোল অহুমদা 'সূমনা কাওরি ।
তাজৈ সাধুগী মুখদা, চঙজৈ হরাও হরাওনা
তাবিব্রবদি লৈজত্রে গতি ॥
জয় রাধে ! জয় কৃষ্ণ ! জয় জয় রাধে ! কৃষ্ণ !
কৃষ্ণ ! কৃষ্ণ ! জয় জয় রাধে ।
কোকথক্তা খুং লোন্নত্নুনা ওস্থোইনা নরোত্তমনা
হায়জৈ খুংহনবিয়ু নীংজবসে ।

(৪)

হরি ! হরি ! হেন দিন হইবে আমার ।
দুঁহু অঙ্গ পরশিব, দুঁহু অঙ্গ নিরখিব,
সেবন করিব দোঁহাকার ॥
ললিতা বিশাখা সঙ্গে, সেবন করিব রঙ্গে,
মালা গাঁথি দিব নানা ফুলে ।
কনক সম্পুট করি, কর্পূর তাম্বুল পুরি,
যোগাইব অধর যুগলে ।
রাধাকৃষ্ণ শ্রীচরণ এই মোর প্রাণধন,
এই মোর জীবন উপায় ।
জয় পতিতপাবন, দেহ মোরে এই ধন,
তোমা বিনা অন্য নাহি তায় ॥

শ্রীগুরু করুণাসিন্ধু, অধম জনার বন্ধু,
লোকনাথ লোকের জীবন।
হা! হা! প্রভু কর দয়া, দেহ মোরে পদ ছায়া,
নরোত্তম লইল শরণ॥

## (৪) (লালসা)

হরি! হরি! ওইরকত্রা ঙুমিত্তো ঐগী!
অনিগী অঙ্গ শোকচনি, অনিগী অঙ্গ উজনি,
সেবা তৌজগনি অনিমক্কী॥
ললিতা বিশাখা য়াওনা, সেবা তৌজনি হরাওনা,
লৈপরেং লেংজগে লৈশু মথেন্না।
সনাগী শেম্পাক থক্তুদা কর্পূর তাম্বুল হাপ্তুনা,
থৌগঞ্জগে চীম্বাল অনিদা॥
রাধাকৃষ্ণগী চরন্দি, ঐগী থবায়গী লম্নি,
অসিতনা হিংনবা পাম্বেনি।
জয় পতিতপাবন, * পীনৌ অসিগুম্বা লল,
নং নত্তনা কনা লৈত্রবনি॥

---

* শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমসেবাদি শ্রীগুরুগী কৃপা নত্তনা ফংবা ঙমদে; মরম অদুনা নিজগুরু শ্রীলোকনাথ গোস্বামীগী থৌজাল নিজরি। "জয় পতিতপাবন ... ...... ভোরবা নরোত্তমনা চঙজরি" হায়বা মতাংসি অর্দ্ধ-বাহ্যদশাদা হায়রবনি।

শ্রীগুরু খোঙ্গাল হৈবা তোম্নবগী মরূপ ওইবা,
লোকনাথ জগৎকী থবায়নি।
হা! হা! প্রভু খোঙ্গানবিয়ু, চরন্দা চঙহনম পীবিয়ু,
তোম্নবা নরোত্তমনা চঙজরি ॥

(৫)

হরি! হরি! বিফলে জনম গোঙাইনু।
মনুষ্য জনম পায়া, রাধাকৃষ্ণ না ভজিয়া,
জানিয়া শুনিয়া বিষ খাইনু ॥
গোলোকের প্রেমধন, হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন,
রতি না জন্মিল কেনে তায়।
সংসার বিষয়ানলে, দিবানিশি হিয়া জ্বলে,
জুড়াইতে না কৈনু উপায় ॥
ব্রজেন্দ্রনন্দন যেই, শচীসুত হইল সেই,
বলরাম হইল নিতাই।
দীন হীন যত ছিল, হরিনামে উদ্ধারিল,
তার সাক্ষী জগাই মাধাই ॥
হা হা প্রভু নন্দসুত! বৃষভানুসুতাযুত,
করুণা করহ এইবার।
নরোত্তম দাস কয়, না ঠেলিহ রাঙ্গাপায়,
তোমা বিনে কে আছে আমার ॥

(৫) (নোঙবা)

হরি! হরি! অরেম্বদা পুন্সি হোখরেদো।
মীওইবা মপোক ফংলগা, রাধাকৃষ্ণদ নীংদনা,
খঙনা তানা হুবু চারুরেদো ॥

গোলোকী প্রেম ওইবা লল, হরিনাম সংকীর্ত্তন,
মাহুবু করিগী পামশিলহোদে।
সংসার-বিষয়গী মৈনা, অহিং সুংথিল চাকলে লকাদা,
ঈংননবা পান্বৈস্সু তৌহোন্রে॥
ব্রজনিংথৌগী মচাহুনা, ওইরে শচীগী মচা,
বলরামনা ওইরে নিত্যাই।
তোল্ল-তার' লৈরম্বা পুম্বা, লানবিথরে হরিনামনা,
মাগী সাক্ষী জগাই মাধাই॥
হা নন্দগী মচাইবুংঙো! শ্রীরাধিকাগী মবুঙো!
থৌজানবিরো হন্দক-মপোকসি।
হায়জৈ নরোত্তমদাসনা ইম্বোকপিন্থু ভাঙ বা চরন্না
নং নত্তনা কনা লৈরি ঐগী॥

(৬)

হরি! হরি! কবে মোর হবে সুদিন।
ভাজব সে রাধাকৃষ্ণ হৈঞা প্রেমাধীন॥
সুযন্ত্রে মিশাঞা গাব সুমধুর তান।
আনন্দে করিব দুঁহার রূপগুণ গান॥
'রাধিকা গোবিন্দ' বলি কান্দিব উচ্চৈঃস্বরে।
ভিজিবে সকল অঙ্গ নয়নের নীরে॥
এইবার করুণা কর রূপ সনাতন।
রঘুনাথ দাস মোরে শ্রীজীবজীবন॥
এইবার করুণা কর ললিতা বিশাখা।

সখ্যভাবে মোর প্রভু সুবলাদি সখা ॥
সব মিলি কর দয়া পুরুক মোর আশ।
প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তম দাস ॥

(৬) ( সাধকদেহনা তৌজবা লালসা )

হরি ! হরি ! কৈদৌঙৈনো য়াইফগবা। *
প্রেম' মথা পোন্দুনা য়াধা কৃষ্ণ নীংজগবা ॥
সুংশিবা যন্ত্রদা নিংথীবা তান থাহনা।
শকচগবা অনিগী রূপগুণ সুংঙাইনা ॥
য়াধা গোবিন্দ কৌছনা কপচনি খোঙেল য়াংনা।
চোৎচনি পুমচোৎ হকচাং পুম্বা মীৎকী পিনা ॥
থৌজানবিরো রূপ-সনাতন হন্দকমুক্তি।
ঐগী থরায়নি রঘুনাথ দাস শ্রীজীবদি ॥
থৌজানবিরো হন্দক্তি ললিতা বিশাখা।
সখ্যভাবতা প্রভু সুবলনচিংবা সখা ॥
থুংহনবিরো ঐগী আশা ময়াম চঙহনা।
প্রার্থনা তৌজরিয়ে নরোত্তমনা তত্তনা ॥

(৭)

প্রাণেশ্বর ! নিবেদন এইজন করে।
গোবিন্দ গোকুলচন্দ্র, পরম আনন্দকন্দ,
গোপীকুলপ্রিয় দেখ মোরে ॥

---

* ইবুঙো-ইবেন্মগী মাম শোন্দুনা লেনবা ভমগদবা সুমিত্ত,বুমি য়াইফবা সুমিৎ হায়না ঠাকুর মহাশয়না নীংজরিবসি।

তুয়া প্রিয় পদসেবা, এইধন মোরে দিবা,
তুমি প্রভু করুণার নিধি।
পরম মঙ্গল যশে, শ্রবণ পরশ রসে,
কার কিবা কায নহে সিদ্ধি॥
দারুন সংসার গতি, বিষম বিষয় মতি,
তুয়া বিস্মরণ শেল বুকে।
জর জর তনু মন, অচেতন অনুক্ষণ,
জীয়ন্তে মরণ-ভেল দুঃখে॥
মো বড় অধম জনে, কর কৃপা নিরীক্ষণে,
দাস করি রাখ বৃন্দাবনে।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নাম, প্রভু মোর গৌরধাম,
নরোত্তম লইল শরণে॥

(৭) ( নোঙবা )

থন্নায়গী মপু! হঙৎচরি ননাহংসিনা।
গোবিন্দ গোকুলগী থা, পরমানন্দ ওইবা,
গোপী' চান্নবা য়েংবয়ু এঙোন্দ॥
চরণ সেবা তৌজবা, পীনবিয়ু লনসিতা,
হে খোজানগী তুংফম ওইবা!
মঙ্গলগী মশক ওইরবা, মিংচৎকী রস * তাবদা,
করম্বা থবকনো পাঙেঙাইদবা॥

---

* মিংচৎকী রস—শ্রীকৃষ্ণগী রূপ গুণ লীলানচিংবগী রস তাজবদি নদনগী মশকনি।

সংসার' লম্বী তমথীঞ্রে, বিষয়' রাখল শাথীখ্রে,
অকাউবা * তাশোন্না থাবদা।
পুকনিং হকচাং চাকথেকলে, মিকুপ খুদিং জ্ঞান মাঙলে,
শিরে হিংনা হিংনা য়াবত্তনা॥
থোইনা তোল্লবা ঐহাকপু, থৌজানগী মীৎয়েংনা য়েংবিয়ু,
ননাই ওইনা থম্বিয়ু বৃন্দাবন্দা।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ক্ষৌবা, থরায়গী মপু গৌরধামদা
চঙজরি তোল্লবা নরোত্তমনা॥

(৮)

গোবিন্দ! গোপীনাথ। কৃপা করি রাখ নিজ পদে।
কাম ক্রোধ ছয় জনে, লয়ে ফিরে নানা স্থানে,
বিষয় ভুঞ্জায় নানামতে॥
হইয়া মায়ার দাস, করি নানা অভিলাষ,
তোমার স্মরণ গেল দূরে।
অর্থলাভ এই আশে, কপট বৈষ্ণব বেশে,
ভ্রমিয়া বুলিয়ে ঘরে ঘরে॥
অনেক দুঃখের পরে, লয়েছিলে ব্রজপুরে,
কৃপা ডোর গোলায় বান্ধিয়া।
দৈব মায়া বলাৎকারে, খসাইয়া সেই ডোরে,
ভবকূপে দিলেক ডারিয়া॥

---

* অকাউবা—শ্রীকৃষ্ণবু কাউবা।

পুনঃ যদি কৃপা করি, এ জনায় কেশে ধরি,
টানিয়া তুলহ ব্রজধামে ।
তবে সে দেখিবে ভাল, নহে বোল ফুরাইল,
কহে দীন দাস নরোত্তমে ॥

(৮) ( নোঙবা )

গোবিন্দ ! গোপীনাথ ! চানবিয়ু খুম্বিয়ু চরণ থম্বান্দা ।
কাম ক্রোধ নিপা তরুকনা, কোয়পু পুরে মকম কয়াদা,
পীজরে বিষয় মথল মথা ॥
মায়াগী মনাই ওইরে, মথল মথল পাম্মুরে,
কয়া লাপনা নংবু কাউরুরে ।
শেল ফংনিংবা আশানা, বৈষ্ণব শাশিন্নহুনা,
য়ুম থুদিংদা কোয়না চৎলুরে ॥
কয়া য়ায়বা তুংদা, পুবিয়কলে ব্রজপুরদা,
কৃপা থোরীনা ওক্তা পুন্দুনা ।
কর্ম্মগী দোষ কনখিবনা, থোয়ীহুবু খদত্তুনা,
থাদবিরে সংসার গুহাদা ॥
অমুক্তংগা চানবিহুনা, ননাইগী মশম পায়হুনা
চিংখৎপিয়ুগবা ব্রজ ধামদা ।
মাহুনা মাপী কয়নি, হায়নগাই নৈত্রে নত্তনদি
হায়জৈ তোয়বা নরোত্তমনা ॥

(৯)

পতিত পাবন প্রভু মদনগোপাল।
শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ, তুমি অনাথের নাথ,
দয়া কর এই অধমেরে।
সংসার সাগর ঘোরে, পড়িয়াছি এইবারে,
কৃপা ডোরে বান্ধি লোহ মোরে ॥
অধম চণ্ডাল আমি, দয়ার ঠাকুর তুমি,
শুনিয়াছি বৈষ্ণবের মুখে।
এ বড় ভরসা মনে, কেল লযে বৃন্দাবনে,
বংশীবট যেন দেখি সুখে ॥
কৃপা করি আশু শুরি, লহ মোরে কেশে ধরি,
শ্রীযমুনা দেহ পদছায়া।
অনেক দিনের আশ, নহে যেন নৈরাশ,
দয়া কর না করহ মায়া ॥
অনিত্য এ দেহ ধরি, আপন আপন করি,
পাছে পাছে শমনের ভয়।
নরোত্তম দাস ভনে, প্রাণ কান্দে রাত্রিদিনে,
পাছে ব্রজ প্রাপ্তি নাহি হয় ॥

(৯) ( মৈরোনবা )

পতিত পাবন প্রভু মদনগোপাল !
শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ ! মপু-লৈতবগী মপু !
তোরবা ননাইবু চান্নবিয়ু।
কির' সংসার সমুত্রদা, লৈরে হল্লক্তি তাহনা,
কৃপাগী খৌরীনা চিংখৎপিয়ু ॥

তোল্লবা চণ্ডাল্লি ঐদি, থোজানগী মপুনি নংদি,
তাজরে বৈষ্ণবকী মচীন্দা।
'সিমতদি নীংজৈ কন্না, পুবিনবা বৃন্দাবন্দা,
সুংঙাইনা বংশীবটপু উজবা॥
চানবিত্না শন-শানা, * পুবিয়্ন ইশন্ন পায়্না,
শীবিয়ু যমুনা পদছায়া।
মতম কুইনদৈ নীংজবা, শীনবীয়ু কায়্নদনবা,
থোজানবিয়ু তৌবিহু মায়া॥
মাঙ্গদবা দেহ পুত্না, ঐগী ঐগী হায়্নত্না,
ইতুংদা ইয়্নে যম্নু কিবনা।
নরোত্তম দাসনা হায়্নজৈ, থল্লায়্না তত্তনা কপচৈ
ব্রজ ফংঙরোইদন্না হায়্না॥

(১০)

ধন মোর নিত্যানন্দ পতি মোর গৌরচন্দ্র,
প্রাণ মোর যগলকিশোর।
অদ্বৈত আচার্য্য বল গদাধর মোর কুল,
নরহরি বিলসই মোর॥
বৈষ্ণবের পদধূলি, তাহে মোর স্নান কেলি,
তর্পণ মোর বৈষ্ণবের নাম।

* ঐদি অন্নুকী মতিক পণ্ডিত ওইদ্রে; ইবুঙেচামা ঐবু থোজানবিগে হায়্নবা লেঙশিন্নকপদা অঊবা মীনা থামগনি। মন্নম অহুমা শন-শানা লোৎনা লেঙশিনবিন্নকলগা মনাইবু চিংবিয়্ন।

বিচার করিয়া মনে, ভক্তিরস আস্বাদনে,
মধ্যস্থ শ্রীভাগবত পুরাণ ॥
বৈষ্ণবের উচ্ছিষ্ট, তাহে মোর মন নিষ্ঠ,
বৈষ্ণবের নামেতে উল্লাস।
বৃন্দাবনে চৌতারা, তাহে মোর মন ঘেরা,
কহে দীন নরোত্তম দাস ॥

(১০) (মশাগী নিষ্ঠা)

ইরল ওইরি নিত্যানন্দ, হবুংঙোনি গৌরচন্দ্র,
রাধাকৃষ্ণ অনিনা থব্রায়নি।
অদ্বৈতনা ইপাঙ্গম্নি, গদাধরনা শাগৈনি,
নরহারনা[1] ঐগী বিলাসান ॥
বৈষ্ণবশিংগী পদধূলি, মাহ্না ওইার স্নান-কেলি,
তর্পান্ন ঐগী বৈষ্ণবাশিংগী নামনা।
পুকনিংদা বিচার তৌহ্না, ভক্তিরস থকপদা,
ময়ায় লেপই শ্রীমদ্ভাগবতনা ॥[2]
বৈষ্ণবশিংগী অরেমথাক্তা. ঐগী পুকনিং লুপচরেদা
বৈষ্ণবশিংগী নামদতা হরাওজে।
বৃন্দাবনগী যোগপীঠদা,[3] ঐগী পুকনিং থমজরেদা
তোল্লবা নরোত্তমনা হায়জে ॥

---

(১) নরহরি ঠাকুর—শ্রীগৌরাঙ্গবু সখীভাবত: ভজন তৌজবা মনাইনি। মাগী 'সখী ওইবগী বিলাসদুবুনি ঠাকুর মহাশয়গী বিলাস'ন হায়রিবসি।

(২). ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী বিচার নৈননিংঙাই লাইরিক্তি শ্রীমদ্ভাগবতনি।

(৩) চৌতারা – চবুতরা ; অপ্রকট বৃন্দাবনদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা নিত্যলীলা শায়রিবদুবু বৈষ্ণবশিংনা ভজন তৌর্নরি। ইবুঙো-ইবেম্মগী বিরাজমান ওইকদু যোগপীঠ কৌই। অদুনা চবুতরাবু যোগপীঠ হায়না লৌজরি।

(১১)

নিতাই পদকমল, কোটিচন্দ্র সুশীতল,
যে ছায়ায় জীবন জুড়ায় ।
হেন নিতাই বিনে ভাই, রাধাকৃষ্ণ পাইতে নাই,
দৃঢ় করি ধর নিতাইয়ের পায় ॥
সে সম্বন্ধ নাহি যার, বৃথা জন্ম গেল তার,
সেই পশু বড় দুরাচার ।
নিতাই না বলিল মুখে, মজিল সংসার সুখে,
বিদ্যাকুলে কি করিবে তার ॥
অহঙ্কারে মত্ত হৈঞা নিতাই পদ পাসরিয়া,
অসত্যেরে সত্য করি মানি ।
নিতাইয়ের করুণা হবে, ব্রজে রাধাকৃষ্ণ পাবে,
ধর নিতাইয়ের চরণ দুখানি ॥
নিতাইয়ের চরণ সত্য, তাঁহার সেবক নিত্য,
নিতাই পদ সদা কর আশ ।
নরোত্তম বড় দুঃখী, নিতাই মোরে কর সুখী,
রাখ রাঙ্গা চরণের পাশ ॥

(১১) (মনশিক্ষা)

নিত্যাইগী চরণ থম্বাল্দি, থা-কোটিবু হেন্না ঈংবনি,
পুন্সিসে ঈংনৈ মাগী মকুমদা ।
'সিগুম্বা নিত্যাই নত্তনা, রাধাকৃষ্ণ ফংলোইনা,
চেৎনা কোঞো নিত্যাইগী চরন্দা

মাগা মরী খমজবদা, হৌব্রে পুন্সি অরেম্বদা,
শাগা মাৱৈ ম্নৌনা ফজেদনা।
নিত্যাই শোন্সবদা চীন্দা, সংসার ঈরাংদা লুপলবা,
শাগৈজাংনা কৈদৌননি মহৈনা ॥
নাপম্না ময়াই কারহনা, নিত্যাই-চরণ কাউথোক্তুনা
লেপ্তবৰু অরেম্বনি থম্নি।
নিত্যাইনবু চানবিরদি, ব্রজদা রাধাকৃষ্ণ ফংই,
কোজৌ নিত্যাইগী চরণ অনি ॥
নিত্যাইগী চরণ অরেপ্পনি মাগী সেবক লেঙদবনি,
নিত্যাইগী চরণ নীংজৌ ভত্তনা।
নরোত্তমদি ৱারেদকো, হে নিত্যাই চানবিয়ুকো,
থম্বিয়ু, ঙাঙ্‌্রাবা চরম্নাক্তা ॥

(১২)

আরে ভাই! ভজ মোর গৌরাঙ্গচরণ।
না ভজিয়া মৈনু দুঃখে, ডুবি গৃহ-বিষকূপে,
দগ্ধ হৈল এ পাঁচ পরাণ ॥
তাপত্রয় বিষানলে, অহর্নিশি হিয়া জ্বলে,
দেহ সদা হয় অচেতন।
রিপুবশ ইন্দ্রিয় হৈল, গোরা পদ পাসরিল,
বিমুখ হইল হেন ধন ॥
হেন গৌর দয়াময়, ছাড়ি সব লাজ ভয়,
কায়মনে লহরে শরণ।

পামর দুর্ম্মতি ছিল, তারে গোরা উদ্ধারিল,
তার হৈল পতিতপাবন ॥
গৌরা দ্বিজ নটরাজে, বান্ধহ হৃদয় মাঝে,
কি করিবে সংসার শমন ।
নরোত্তম দাসে কহে, গোরা সম কেহ নহে,
না ভজিতে দেন প্রেমধন ॥

## (১২) (মনশিক্ষা)

হে মরূপ ! নীংজো ঐগী গৌরাঙ্গচরণসে।
নীংদবৈ ৱাবনা শিরে, য়ুমকৌবা হু'-কোমদা তারে,
চাকথেকলে থৱায় মঙাসে ॥
মৈচাক 'হুমগী হূগী মৈনা, থম্মোইদা চাকলে তত্তনা
ইশি শিথরে হকচাং অসে ।
ইন্দ্রিস্থ য়েকনবনা ঙমখ্রে, গৌর-চরণস্থ কাউথোকখ্রে,
পামলুজ্রে অসিগুম্বা ননসে ॥
থৌজাল হৈবা গৌরাঙ্গদা, ইকাই-ইকি থাদোক্তুনা.
চঙজহৌ পুক্লিং হকচাং য়াওনা ।
পাপী মপুক ফত্তবদো, গৌরনা মাবু লানবিরেদো,
মাগী ওইরে তোঙ্গ'বু লানবিবা ॥
গৌর দ্বিজ নটরাজবু, থম্মোইদা পুন্দুনা থম্মু,
কৈদৌজরনি সংসার যমনা ।
হায়জৈ নরোত্তম দাসনা, কনা লৈত্তে গৌরগুম্বা,
প্রেমধন পীবি নীংফাব্রিঙৈনা ॥

(১৩)

গৌরাঙ্গের দুটি পদ, যার ধন সম্পদ,
সে জানে ভকতি-রস-সার।
গৌরাঙ্গের মধুর লীলা, যার কর্ণে প্রবেশিলা,
হৃদয় নির্ম্মল ভেল তার॥
যে গৌরাঙ্গের নাম লয়, তার হয় প্রেমোদয়,
তারি মুঞি যাই বলিহারি॥
গৌরাঙ্গ গুণেতে ঝুরে, নিত্যলীলা তারে স্ফুরে,
সে জন ভকতি অধিকারী॥
গৌরাঙ্গের সঙ্গিগণে, নিত্য সিদ্ধ করি মানে,
সে যায় ব্রজেন্দ্রসুত পাশ।
শ্রীগৌরমণ্ডল ভূমি, যেবা জানে চিন্তামণি,
তার হয় ব্রজভূমে বাস॥
গৌরপ্রেম রসার্ণবে, সে তরঙ্গে যেবা ডুবে,
সে রাধামাধব অন্তরঙ্গ।
গৃহে বা বনেতে থাকে, হা গৌরাঙ্গ ! বলে ডাকে,
নরোত্তম মাগে তার সঙ্গ॥

(১৩) (শ্রীগৌরভক্তমহিমা)

গৌরাঙ্গগী চরণ-অনি, ওইজরিবা মরল মাগী,
মানা থগুই ভক্তিরসগী মচি।
গৌরাঙ্গগী নিংথি' লীলা, চঙখ্রবদো মনাকোংদা,
অমকপা লৈতে মাগী থম্মোইদি॥

গৌরাঙ্গ নাম শোন্নবদো, প্রেমভক্তি পোকলে মীদো,
হরাউনা মীহুবু থাগৎচরি ।
গৌরাঙ্গ গুনা পেৎলবা, নিত্য লীলা ফাওব্জরবা
মাতনি ভক্তিগী অধিকারী ॥
গৌরাঙ্গগী সঙ্গিশিংদা, নিত্যসিদ্ধ ওইনা উবা,
মানা ফঙনি নন্দগী মচা ।
গৌরমণ্ডল কোবা লম, চিন্তামনিনি খণ্ডবা ওম,
মানা ফঙনি ব্রজদা লৈবা ॥
গৌরপ্রেমগী ঈয়ায়সুংদা, লুপচরবা মহাজ্ঞনা,
ওই রাধামাধবকী অন্তরঙ্গ ।
য়ুমদসু বন্দসু মানা, হা গৌরাঙ্গ ! শোন্জরবা,
নিজৈ নরোত্তমনা মাগী সঙ্গ ॥

(১৪)

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু দয়া কর মোরে ।
তোমা বিনা কে দয়ালু জগৎ সংসারে ॥
পতিত পাবন হেতু তব অবতার ।
মো সম পতিত প্রভু না পাইবে আর ॥
হা হা প্রভু নিত্যানন্দ ! প্রেমানন্দ সুখী ।
কৃপাবলোকন কর আমি বড় দুঃখী ॥
দয়া কর সীতাপতি অদ্বৈত গোসাঞি ।
তবে কৃপাবলে পাই চৈতন্য নিতাই ॥
হা হা স্বরূপ সনাতন রূপ রঘুনাথ ।
ভট্টযুগ শ্রীজীব হা প্রভু লোকনাথ ॥

দয়া কর শ্রীআচার্য্য প্রভু শ্রীনিবাস।
রামচন্দ্র সঙ্গ মাগে নরোত্তম দাস॥

## (১৪) প্রার্থনা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু থৌজানবিয়ুগবা।
নং নত্তনা জগত্তা কনা লৈ থৌজানহৈবা॥
নংগী অবতারনি তোল্লববু লানবিনবা।
কংলরোইয়ে প্রভু ঐগুমনা কনা তোল্লবা॥
প্রেমানন্দদা তাউরিবা নিত্যানন্দ প্রভু!
থৌজাম্মিংয়েংনা য়েংবিয়ু রারবা ননাইবু॥
থৌজানবিয়ু হে অদ্বৈত সীতাগী মবুঙো।
নংগী থৌজাম্না চৈতন্য নিত্যাই কংজগেকো॥
হা হা স্বরূপ সনাতন রূপ রঘুনাথ।
ভট্ট অনি শ্রীজীব হা প্রভু লোকনাথ॥
শ্রীআচার্য্য প্রভু শ্রীনিবাস থৌজানবিয়ু।
নরোত্তমদা রামচন্দ্রগী সঙ্গ পীনবিয়ু *॥

## (১৫)

যে আনিল প্রেমধন করুণা প্রচুর।
হেন প্রভু কোথা গেল আচার্য্য ঠাকুর॥

---

* রামচন্দ্র—রামচন্দ্র কবিরাজ। শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভুগী শিষ্যনি অমসুং ঠাকুর মহাশয়গী চায়রবা মরূপনি। প্রার্থনাসি লেংবা মতমদা রামচন্দ্র কবিরাজ লোজাগ্রহনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিত্যলীলাদা রাওবা কংজ-থ্রবহুদা নরোত্তমনা হায়জরি—"রামচন্দ্রগী সঙ্গ পীনবিয়ু।"

কাঁহা মোর স্বরূপ রূপ কাঁহা সনাতন।
কাঁহা দাস রঘুনাথ পতিতপাবন॥
কাঁহা মোর ভট্টযুগ কাঁহা কবিরাজ।
এককালে কোথা গেল গোরা নটরাজ॥
পাষাণে কুটিব মাথা অনলে পশিব।
গৌরাঙ্গ গুণের নিধি কোথা গেলে পাব।
সে সব সঙ্গীর সঙ্গ যে কৈল বিলাস।
সে সঙ্গ না পাঞা কান্দে নরোত্তমদাস॥

## (১৫) ভক্ত মন্নামগী লোন্ননা প্রভুনা থুপখিবদা কপচবা

প্রেম ধন থৌজাল মরাঙ কায়না পুন্নকলম্বদো।
হে আচার্য্য ঠাকুর! কদাইদা লেঙখ্রে প্রভুদো॥
কদাইদনো ঐগী স্বরূপ রূপ সনাতন্দি।
কদায় দাস রঘুনাথ তোন্নববু লানবিবদি॥
কদাইদনো ঐগী ভট্ট অনি কবিরাজ *।
পুন্না কদাইদা লেঙখরে গৌর নটরাজ॥
নুংদা ইকোক থেংজিন্নিঙলে মৈদা চোংশিন্নিঙলে।
গুণগী তুংক্ষম গৌরাঙ্গ কদাইদা ফঙ্গদগে॥
বিলাস তৌরম্বা সঙ্গী পুম্বগা লোয়ননা।
নরোত্তমনা কপচরি সঙ্গহু ফংদহুনা॥

---

* কবিরাজ—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ

(১৬)

হরি হরি! বড় শেল মরমে রহিল।

পাইয়া দুর্লভ তনু, শ্রীকৃষ্ণ ভজন বিনু,

জন্ম মোর বিফল হইল॥

ব্রজেন্দ্রনন্দন হরি, নবদ্বীপে অবতরি,

জগৎ ভরিয়া প্রেম দিল।

মুঞি সে পামর মতি, বিশেষে কঠিন অতি,

তেই মোরে করুণা নহিল॥

স্বরূপ সনাতন রূপ, রঘুনাথ ভট্টযুগ,

তাতে না হৈল মোর মতি।

দিব্যচিন্তামণি-ধাম, বৃন্দাবন হেন স্থান,

সেই ধামে না কৈনু বসতি॥

বিশেষ বিষয়ে মতি, নহিল বৈষ্ণবে রতি,

নিরন্তর খেদ উঠে মনে।

নরোত্তম দাস কহে, জীবার উচিত নহে,

শ্রীগুরুবৈষ্ণব সেবা বিনে॥

(১৬) বিলাপ (রুপচবা)

হরি হরি! থম্মোইনুংদা তাশোন্নঃ থিল্লে।

তাঙলবা হকচাং ফংলগা, শ্রীকৃষ্ণ নীংজহোদন,

অরেম্বদা পুন্সিসি হৌখরে॥

ব্রজ নিংথৌ-মপারিনা, নবদ্বীপ্তা পোকপিদুনা,

জগৎ থুংনা প্রেম য়েনবিরমলে।

ঐগী পাপচেনবা খস্মোইনা, খোইদোকনমক কনবনিনা,
ইবুঙো মানা খৌজানবিরমজে ॥
স্বরূপ সনাতন রূপ্তা, রঘুনাথ ভট্ট অনিদা,
মখোইহূদা পুকনিং হাপলুজে।
নিংখিবা চিন্তামণি-ধাম, বৃন্দাবন কৌবা মফম,
মফম অহূদস্ন লৈজরুজে ॥
বিষয়দা পুকনিং লুপলুরে, বৈষ্ণবতা রতি লৈরুজে,
পুকনিংসে য়ারেদো তত্তনা।
নরোত্তমদাসনা হায়জরি, হিংবদা মতিক চাদবনি,
শ্রীগুরুবৈষ্ণব সেবা নত্তনা ॥

(১৭)

ঠাকুর বৈষ্ণব পদ অবনীর সুসম্পদ,
শুন ভাই! হঞা এক মন।
আশ্রয় লইয়া সেবে, সেই কৃষ্ণভক্তি লভে,
আর সব মরে অকারণ ॥
বৈষ্ণব চরণ জল, প্রেমভক্তি দিতে বল,
আর কেহ নহে বলবন্ত।
বৈষ্ণব চরণরেণু, মস্তকে ভূষণ বিনু,
আর নাহি ভূষণের অন্ত ॥
তীর্থজল পবিত্র গুণে, লিখিয়াছে পুরাণে,
সে সব ভক্তির প্রবঞ্চন।
বৈষ্ণবের পাদোদক, সব নহে এই সব,
যাতে হয় বাঞ্ছিত পূরণ ॥

বৈষ্ণব সঙ্গেতে মন, আনন্দিত অনুক্ষণ,
সদা হয় কৃষ্ণ পরসঙ্গ ।
দীন নরোত্তম কান্দে, হিয়া ধৈর্য্য নাহি বান্ধে,
মোর দশা কেন হৈল ভঙ্গ ।'

## (১৭) বৈষ্ণব মহিমা

ঠাকুর বৈষ্ণবকী চরন্দি, তাইবংগী অথোইবা লন্নি,
তাও মরুপ ! পুক্নিং অনি লোঙদনা ।
চঙজত্না সেবা তৌবদো, কৃষ্ণ ভক্তি ফংই মীদো,
অতৈ ঙমনা শিনি অরেম্বদা ।।
বৈষ্ণবকী চরণামৃতদি, প্রেমভক্তি পীবা ঙম্মি,
অতৈ কনানণু পীবা ঙমদে ।
বৈষ্ণবকী খুয়া-উফুলনা, কোক্তা লৈতেংবা নত্তনা
অতৈ লৈতেংনা কৈস্নু কান্নদে ।।
তীর্থজল শেংবগী গুন্দো পুরান্দা ইরম্মিদো,
মাহু'পুম্বনা ফংদে ভক্তিবু ।
বৈষ্ণবকী চরণামৃতগা, মান্নদে অসি পুম্বগা,
মাদি থুংহল্লি নীংবা পুম্ববু ।।
বৈষ্ণব সঙ্গনা পুকনিংদা, শুংঙাইহল্লি মতম পুম্বা,
কৃষ্ণগী ৱারী শানৈ ত্তনা ।
নরোত্তমনা কপচরি, তপথবা য়াদে থম্মোইসি
ঐগী দশা ফাতেদা ওন্নাকনা ।।

(১৮)

ঠাকুর বৈষ্ণবগণ ! করি এই নিবেদন,
মো বড় অধম দুরাচার।
দারুণ-সংসার-নিধি, তাহে ডুবাইল বিধি,
কেশে ধরি মোরে কর পার ॥
বিধি বড় বলবান্, না শুনে ধরম জ্ঞান,
সদাই করমপাশে বান্ধে।
না দেখি তারণ লেশ, যত দেখি সব ক্লেশ,
অনাথ কাতরে তেঞি কান্দে ॥
কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ, অভিমান সহ,
আপন আপনা স্থানে টানে।
আমার ঐছন মন, ফিরে যেন অন্ধজন,
সুপথ, বিপথ নাহি জানে ॥
না লইনু সৎ মত, অসতে মজিল চিত,
তুয়া পায়ে না করিনু আশ।
নরোত্তমদাসে কয়, দেখি শুনি লাগে ভয়,
তরাইয়া লহ নিজ পাশ ॥

(১৮) বৈষ্ণবতা হায়জবা

হে ঠাকুর বৈষ্ণবশিং ! হঙ্গৎচরি অসিয়ভং,
ঐসে য়ামনা ভোয়্রে লমচৎ ফত্রে।
সংসায় ঈপাক তমথিদা, বিধিনা লুপহয়্রে 'হুদা,
শম পায়হুনা ঐবু কনবিয়ুনে ॥

বিধি কৌবা কল্লিদা,     ধর্ম্ম-জ্ঞান তাবিদেদা,
ঐবু পুন্নে কর্ম্মগী থৌরীনা।
খজিককাণ্ড উত্রে লামবা, 'রাবভাক্তা য়েংখিবদা,
'হুনা কপলি গত্তি লৈত্রবনা॥
কাম-ক্রোধ-লোভ-মোহনা, মদ-নম্ব নাপল রাওনা,
চিংই মাগী মাপী মাইকৈদা।
ঐগী পুকনিংস্থ অস্থমনা, মীত্তাভবনা ত্তৌবভমনা,
কোয়না চৎলি কৈ-কত্তে খণ্ডদনা॥
সাধুগী পাভিতাক লৌক্রত্রে, কত্তবদা পুক্নিং লুপলুরে,
আশা থমলুত্রে নংগী চরন্দা।
নরোত্তম দাসনা হায়জৈ, খণ্ডউ উক্করগা কিজৈ,
লানবিহুনা থম্বিরো ননাক্তা॥

(১৯)

এইবার করুণা কর, বৈষ্ণব গোসাঞি।
পতিতপাবন তো'মা বিনে কেহ নাই॥
কাহার নিকটে গেলে পাপ দূরে যায়?
এমন দয়াল প্রভু কেবা কোথা পায়॥
গঙ্গার পরশ হ'লে পশ্চাতে পাবন।
দর্শনে পবিত্র কর এই তোমার গুণ॥
হরিস্থানে অপরাধ তারে হরিনাম।
তোমা স্থানে অপরাধ নাহিক এড়ান॥
তোমার হৃদয়ে সদা গোবিন্দ বিশ্রাম।

গোবিন্দ কহেন মম বৈষ্ণব পরাণ ॥
প্রতি জন্মে করি আশ' চরণের ধূলি ।
নরোত্তমে কর দয়া আপনার বলি ॥

(১৯) বৈষ্ণবতা নোঙবা

হন্দক্তি হে বৈষ্ণব-গোসাই চানবিরোগবা ।
কনা লৈতে নংগুম্বা তোল্লববু কনবিবা ॥
কনাগী নাক্তা চৎলগা পাপপু কোকবা ।
অস্তুক চানবিহৈবা মপু কদাইদা ফংগবা ॥
গঙ্গাদি শোকচরুরগা কোন্না লানবিবনি ।
উজবতদা শেংদোকপিবা নংগী নগুন্নি ॥
হরিদা লঙ্জরুবদি হরিনামনা কোকপি ।
নঙোন্দা লঙ্জবদি লৈত্রে কোকনবা লম্বি ॥
নংগী থম্মোইদা তত্তনা গোবিন্দনা ঙানবি ।
'বৈষ্ণবনা ঐগী থরায়নি' গোবিন্দনা তাকপি ॥
থুয়াগী উফুল নিজরি মপোক থুদিংমক্তা ।
নরোত্তম্মু খৌজানবিয়ু ননাইনি থন্দুনা ॥

(২০)

কিরূপে পাইব সেবা মুই দুরাচার ।
শ্রীগুরু বৈষ্ণবে রতি না রহিল আমার ॥
অশেষ মায়াতে মন মগন হইল ।
বৈষ্ণবেতে লেশমাত্র রতি না জন্মিল ॥
গলেতে ফাঁস দিতে ফিরে মায়া পিশাচী ।
বিষয়ে ভুলিয়া অন্ধ হৈনু দিবানিশি ॥

ইহারে করিয়া জয় ছাড়ান না যায়।
সাধুকৃপা বিনা আর নাহিক উপায় ॥
অদোষদরাশি! প্রভু! পতিত-উদ্ধার।
এইবার নরোত্তমে করহ নিস্তার ॥

## (২০) বৈষ্ণবতা নোঙবা

করমনা ফজনি সেবা লমচৎ নাইত্রবনা।
পোকচহৌজে ঐগী রতি শ্রীগুরু বৈষ্ণবতা ॥
অরোইবা নাইদবা মায়াদা পুকনিং লুপলুরে।
বৈষ্ণবত্তদি থজিক্ত ফাওবা রতি লৈরুদ্রে ॥
ডক্তা খৌরী হুকপদা মায়ানা হন্না হন্না।
অহিং মুংথিল মমলুরে বিষয়না শুম্মাক্তুনা ॥
নাম্থোকপা কৌবা মঙমজে মাবু জয় তৌহনা ॥
লৈত্রে তৌনিঙাই উপায় সাধুকৃপা নত্তনা ॥
তোল্লববু কনবিবা ঙাকপিহৈবা হে প্রভু!
হন্দক্তি লানবিরোগবা নরোত্তম দাসবু ॥

## (২১)

হরি! হরি! কি মোর করম অভাগ।
বিফলে জনম গেল, হৃদয়ে রহিল শেল,
নাহি ভেল হরি-অনুরাগ ॥
যজ্ঞ, দান, তীর্থস্নান, পুণ্যকর্ম্ম, জপ, ধ্যান,
অকারণে সব গেল মোহে।

বুঝিলাম মনে হেন, উপহাস হয় যেন,
বস্ত্রহীন অলঙ্কার দেহে ॥
সাধুমুখে কথামৃত, শুনিয়া বিমল চিত,
নাহি ভেল অপরাধ কারণ।
সতত অসৎ-সঙ্গ, সকলি হইল ভঙ্গ,
কি করিব আইলে শমন ॥
শ্রুতি স্মৃতি সদা কয়, শুনিয়াছি এই হয়,
হরিপদ অভয়-শরণ।
জনম লভিয়া সুখে, রাধাকৃষ্ণ বল মুখে,
চিত্তে কর ওরূপ ভাবন ॥
রাধাকৃষ্ণ দুঁহু পায়, তনু মন রঁহু তায়,
আর দূরে যাউক বাসনা।
নরোত্তম দাসে কয়, আর মোর নাহি ভয়,
তনু মন সঁপিনু আপনা ॥

## (২১) প্রার্থনা

হরি! হরি! ঐগী কর্ম্ম ফংখিদ্রেদা।
অরেম্বদা পুন্সি হোৎপ্রে, থম্মোইদা তাশোম্না থিন্নে,
হরিদা ভক্তি লৈজহোৎব্রেদা ॥
যজ্ঞ, দান, তীর্থস্নান, পুণ্যকর্ম্ম, জপ, ধ্যান,
পঙ্না তৌরুরে মরম চাদনা।
পুকনিংদা অস্সূম খল্লি, নোকনিংবগুম্বনি,
লিক্কোল সিবদা ফিদি শেত্তনা ॥

সাধুগী অমৃত-বানি, তারগা থম্মোই শেংবমি,
'তুবু ওইক্রে অপরাধ লৈবনা।
নত্তবা সঙ্গ তৌরুরে, ওমনমক কায়রে তোইরে,
করি তৌনি শিরমদাই মতমদা॥
শ্রুতি স্মৃতিনা হায়নরি, তাঙ্কে হরিগী চরন্দি,
চঙজফমনি কিনিঙায় লৈত্রবা।
হরাওনা মীওয়-মপোক্তা, রাধাকৃষ্ণ শোঙ্গৌ চিন্দা,
শ্রীমূর্তিদো লাংচৌ থম্মোইনুংদা॥
রাধাকৃষ্ণগী চরন্দা, পুকনিং-হকচাং লুপচরোদা,
মাঙথ্রসনু সংসার-বাসনা।
নরোত্তম দাসনা হায়জরি, কিনিঙাই লৈত্রে ঐগীদি,
পুকনিং-হকচাং কৎচরে চরন্দা॥

(২২)

হরি! হরি! আর কি এমন দশা হব।
এ ভব সংসার ত্যজি, পরম আনন্দে মজি,
আর কবে ব্রজভূমে যাব॥
সুখময় বৃন্দাবন, কবে হব দরশন,
সে ধূলি লাগিবে কবে গায়।

---

* সাধুগী মকমদগী কৃষ্ণ কথামৃত তারগা কৃষ্ণভক্তি পোকদবনি। অদুবু অপরাধনা মরম ওইদুনা ওইত্রে। অপরাধদি মথম অহমনি—নামাপরাধ, সেবাপরাধ অমসুং বৈষ্ণবাপরাধ। অসিগী অকুপ্পা মরোল্দি "বিন্দু" দা কংবিগনি। ( লেখকনা খোমজিনবা বিন্দু-কিরণ-রাগবর্ত্ম চন্দ্রিকা য়েংবিয়ু। )

প্রেমে গদ গদ হৈঞা, রাধাকৃষ্ণ নাম লৈঞা,
কান্দিয়া বেড়াব উভরায় ॥
নিভৃতে নিকুঞ্জে যাঞা, অষ্টাঙ্গে প্রণাম হৈঞা,
ডাকিব হা রাধানাথ! বলি।
কবে যমুনার তীরে, পরশ করিবে নীরে,
কবে পিব করপুটে তুলি ॥
আর কবে এমন হব, শ্রীরাসমণ্ডলে যাব,
কবে গড়াগড়ি দিব তায়।
বংশীবট ছায়া পাঞা, পরম আনন্দ হঞা,
পড়িয়া রহিব তার ছায় ॥
কবে গোবর্দ্ধন গিরি, দেখিব নয়ন ভরি,
কবে হবে রাধাকুণ্ডে বাস।
ভ্রমিতে ভ্রমিতে কবে, এদেহ পতন হবে,
কহে দীন নরোত্তম দাস ॥

## (২২) সাধকদেহনা তৌজবা লালসা

হরি! হরি! 'সিগুম্বা দশাসি ওইররোইত্রা!
তাইবংপানসি থাদোক্লনা, পরমানন্দদা লুপ্লনা,
কদোইঙে ব্রজদা চচ্চগবা ॥
হুংতাইরবা বৃন্দাবনবু, উজগবা কদোইঙেবু,
উফুন্দু হকচাংদা তৈজগবা।
প্রেমনা হিক-হিক লাউনা, রাধা কৃষ্ণ শোঞ্জহনা,
খোল-রাংনা কগুনা কোয়জগবা ॥

নিভৃতনিকুঞ্জহৃদা, খুরুমজনা অষ্টাকদা,
কৌজগবা রাধানাথ হায়না।
যমুনাগী তোর্ব্বাম্বুদা, শোকচগবা ইশিংহৃদা,
কদৌঙৈ থকনি থুদোক থম্না ॥
'সিগুম্না কৈকদৌঙৈনো, রাসমণ্ডল য়োগবনো,
কদৌঙৈ মাহৃদা ওঞ্জগবা।
বংশীবটকী উরুমহৃদা, থোইনা হুংতাইরহুনা,
মাহৃদা তুহুনা লৈজগবা ॥
গোবর্দ্ধনবু কদৌঙৈদা, ইমিং থিংনা উজগবা,
শ্রীকুণ্ডদা লৈগবা কদৌঙৈ।
কদৌঙৈদা কোয়না কোয়না, দেহসি থাদোকচগবা,
তোঙ্গবা নরোত্তমদাসনা হায়জে ॥

(২৩)

হরি! হরি! আর কবে পালটিবে দশা।
এ সব করিয়া বামে, যাব বৃন্দাবন ধামে,
এই মনে করিয়াছি আশা ॥
ধন জন পুত্র দারে, এ সব করিয়া দূরে,
একান্ত হইয়া কবে যাব।
সব দুঃখ পরিহরি, বৃন্দাবনে বাস করি,
মাধুকরী মাগিয়া খাইব ॥
যমুনার জল যেন, অমৃত সমান হেন,
কবে পিব উদর পুরিয়া।

কবে রাধাকুণ্ড জলে, স্নান করি কুতূহলে,
শ্যামকুণ্ডে রহিব পড়িয়া ॥
ভ্রমিব দ্বাদশ বনে, রসকেলি যে যে স্থানে,
প্রেমাবেশে গড়াগড়ি দিয়া ।
সুধাইব জনে জনে, ব্রজবাসিগণ-স্থানে,
নিবেদিব চরণ ধরিয়া ॥
ভোজনের স্থান কবে, নয়নগোচর হবে,
আর যত আছে উপবন ।
তার মধ্যে বৃন্দাবন, নরোত্তম দাসের মন,
আশা করে যুগল চরণ ॥

## (২৩) সাধকদেহনা তৌজবা লালসা ।

হরি হরি ! হোংগনি কদোইঁ ঐগী দশা ।
অসি পুম্বা থাদোক্তুনা, চচ্চরগে বৃন্দাবন্দা,
পুকনিংদা 'সুমনা তৌজরে আশা ॥
লম্ব ুম হুপী অঙাং কয়া অসিপুম্বা থাদোকলগা,
পুকনিং য়ুংনা কদোইঁ চৎকবা ।
অরাবা পুম্বা থাহনা, বৃন্দাবন্দা লৈজহনা,
মাধুকরী তৌহনা চাগবা ॥
যমুনাগী জল অদো, অমৃতগা মান্নবদো,
পুক থম্না কদোইঁ থকচগবা ।
রাধাকুণ্ডগী ইসিংনা, হরাওনা স্নান তৌহনা,
শ্যামকুণ্ডদা কদোইঁ লৈগবা ॥

বন তরানিথোই কোয়গবা, অনিগী শান্নকমশিংদা,
প্রেমনা ডাওরক্তুনা ওস্নোইনা।
হংজগনি মীপূম থু'না, ব্রজবাসিগী মকমদা,
হায়জগনি মথোং পায়তুনা॥
ভোজন তৌফম * ফদৌৈডদা, উজগবা ইমিংসিনা,
অতৈ কয়া লৈরিবা উপবন।
বৃন্দাবনবু মরক্তুদা, নরোত্তমদাসগী পুকনিংনা,
আশা তৌজৈ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ॥

(২৪)

করঙ্গ কৌপীন লঞা, ছেঁড়া কান্থা গায় দিয়া
তেয়াগিব সকল বিষয়।
কৃষ্ণে অনুরাগ হবে, ব্রজের নিকুঞ্জে কবে,
যাইয়া করিব নিজালয়॥
হরি হরি! কবে মোর হইবে সুদিন।
ফল মূল বৃন্দাবনে, খাঞা দিবা অবসানে,
ভ্রমিব হইয়া উদাসীন॥
শীতল যমুনা জলে, স্নান করি কুতূহলে,
প্রেমাবেশে আনন্দিত হঞা।
বাহুর উপর বাহু তুলি, বৃন্দাবনে কুলি কুলি,
কৃষ্ণ বলি বেড়াব কান্দিয়া॥

---

* ভোজন তৌফম—ভোজন থালি কৌনৈ। শ্রীকৃষ্ণনা সখাশি
লোয়ননা চাকমনি—কাম্যবন্দা নৈ

দেখিব সঙ্কেত স্থান, জুরাবে তাপিত প্রাণ,
প্রেমাবেশে গড়াগড়ি দিব ।
কাঁহা রাধা প্রাণেশ্বরি ! কাঁহা গিরিবরধারি !
কাঁহা নাথ ! বলিয়া ডাকিব ॥
মাধবী কুঞ্জেরোপরি, সুখে বসি শুকসারী,
গাইবেক রাধাকৃষ্ণ রস ।
তরু মূলে বসি তাহ', শুনি জুড়াইবে হিয়া,
কবে সুখে গোঙাব দিবস ॥
শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথ, শ্রীমতি রাধিকা সাথ,
দেখিব রতন সিংহাসনে ।
দীন নরোত্তম দাস, করয়ে দুর্লভ আশ,
এমতি হবে কত দিনে ॥

## (২৪) সাধকদেহনা তৌজবা লালসা ।

করঙ্গ কৌপীন লৌহুনা, শেগায়বা কান্থা ইন্দুনা,
বিষয়-পুম্ববু থাদোকচবা ।
কৃষ্ণদা অনুরাগ পোকপা, চঙুনা ব্রজ-নিকুঞ্জদা,
কদৌঙৈ ইয়ুম ওইজগবা ॥
হরি হরি ! কদৌঙৈনো ওইগদবা ।
উহৈ রাহৈ বৃন্দাবন্দা, চাহুনা হুমিং তারগা,
নীংঙায়দনা কোয়না চচ্চগবা ।
ঈংলবা যমুন.' জলনা, হরাওনা স্নান তৌহুনা,
প্রেমদা লুপ্তুনা হুঙাইখিবনা ।

পাম্বোমদা পাম্বোম হাপ্তুনা, বৃন্দাবনগী গলি গলিদা,
কপচগবা হা কৃষ্ণ কৌহ্নূনা ॥
সঙ্কেতপু * উজগবা, চাকলবা থরায় ঈংজগবা,
প্রেমনা ভাওহ্নূনা ওম্মোইজগবা।
কদায় রাধে! প্রাণেশ্বরি! কদায় গিরিবরধারি!
হা ইবুঙো! হায়না কৌজগবা ॥
মাধবী কুঞ্জগী 'থক্তা, শুক সারীনা হুঙাইনা,
রাধাকৃষ্ণগী রস শকচবা।
উখোংদা কমজরহ্নূনা, তারগা থম্মোই ঈংগবা,
হুঙাইনা মতম লেঞ্জগবা ॥
শ্রীগোবিন্দ গোপীনাথবু, শ্রীরাধিকা লোয়ননবু,
রত্ন সিংহাসন্দা উজগবা।
তোল্লবা নরোত্তম দাসনা, তৌজে কংঙমত্রবা আশা,
কদৌঙৈনো অস্থূম ওইগদবা ॥

(১৫)

হরি হরি! কবে হব বৃন্দাবনবাসী।
নিরখিব নয়নে যুগল-রূপরাশি ॥
ত্যজিয়া শয়ন-সুখ বিচিত্র পালঙ্ক।
কবে ব্রজের ধূলায় ধূসর হবে অঙ্গ ॥
ষড়রস ভোজন দূরে পরি হরি।
কবে ব্রজে মাগিয়া খাইব মাধুকরী ॥

* সঙ্কেত—প্রেমসরোবরগা নন্দগ্রামগী মরক্তা লৈবা মফমনি।

পরিক্রমা করিয়া বেড়াব বনে বনে ।
বিশ্রাম করিব যাই যমুনা পুলিনে ॥
তাপ দূর করিব শীতল বংশীবটে ।
কবে কুঞ্জে বৈঠব হাম বৈষ্ণব নিকটে ॥
নরোত্তম দাস কহে করি পরিহার ।
কবে বা এমন দশা হইবে আমার ॥

## (২৫) সাধকশেহনা তৌজবা লালসা ।

হরি হরি ! ফংজগবা বৃন্দাবন্দা লৈবা ।
কদোৌঙৈদা যুগল-রূপ্ত উবা ফংজগবা ॥
তেরা মোম্পাক্তা হিপ্পগী হুণ্ডাইবা থাহনা ।
কদোৌঙৈ ব্রজগী উফুল তৈগনি হকচাংদা ॥
মহাও শুবা চিঞ্জাক্তু লাপনা হুঞ্জেক্তুনা ।
কদোৌঙৈ ব্রজদা ভিক্ষা নিহুনা চাগবা ॥
পরিক্রমা তৌহুনা কোয়গবা বন খুদিংদা ।
পোথাজগবা চত্তুনা যমুনা মপান্দা ॥
মৈচাক কোকচগবা ঈংলবা বংশীবট্টা ।
কদোৌঙৈ ফমজগবা কুঞ্জদা বৈষ্ণব-নাক্তা ॥
নরোত্তম দাসনা হায়জৈ থোইনা নোমুকনা
কদোৌঙৈ ওইগবা ঐগী অসিগুম্বা দশা ॥

## (২৬)

আর কি এমন দশা হব ।
সব ছাড়ি বৃন্দাবনে যাব ॥

আর কবে শ্রীরাসমণ্ডলে ।
গড়াগড়ি দিব কুতূহলে ॥
আর কবে গোবর্দ্ধন গিরি ।
দেখিব নয়ন যুগ ভরি ॥
শ্যামকুণ্ডে রাধাকুণ্ডে স্নান ।
করি কবে জুরাব পরাণ ॥
আর কবে যমুনার জলে ।
মজ্জনে হব নিরমলে ॥
সাধুসঙ্গে বৃন্দাবনে বাস ।
নরোত্তম দাস করে আশ ॥

## (২৬) কপ্তুনা তৌজবা লালসা

ওইরকখিত্রা অসিগুম্বা দশা ।
ঙমনা থাহনা ব্রজ চচ্চবা ॥
কদৌঙৈদা শ্রীরাসমণ্ডলদা ।
ওম্বোইজগবা পুকনিং হুঙাইনা ॥
কদৌঙৈদা গোবর্দ্ধন গিরিবু ।
উজগবা ইমিৎসি পেম্নবু ॥
রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ডদা স্নান ।
তৌহনা কদৌঙৈ ঈঙবা প্রাণ ॥
কদৌঙৈ যমুনাগী ইসিংদা ।
লুপচহনা শেংজবা ঙমগবা ॥

বৃন্দাবন্দা সাধুগা নৈমিন্নবা ।
পামজৈ তোন্নবা নরোত্তমনা ॥

(২৭)

রাধাকৃষ্ণ সেবঁ মুঞি জীবনে মরণে ।
তাঁর স্থান তাঁর লীলা দেখোঁ রাত্রিদিনে ॥
যে স্থানে যে লীলা করে যুগল কিশোর ।
সখীর সঙ্গিনী হঞা তাঁহে হও ভোর ॥
শ্রীরূপমঞ্জরীপদ সেবোঁ নিরবধি ।
তাঁর পাদপদ্ম মোর মন্ত্র মহৌষধি ॥
শ্রীরতিমঞ্জরী দেবি ! মোরে কর দয়া ।
অণুক্ষণ দেহ তুয়া পাদপদ্ম ছায়া ॥
শ্রীরসমঞ্জরী দেবী ! কর অবধান ।
অণুক্ষণ দেহ তুয়া পাদপদ্ম ধ্যান ॥
বৃন্দাবনে নিত্য নিত্য যুগল বিলাস ।
প্রার্থনা করয়ে সদা নরোত্তম দাস ॥

## (২৭) সাধক দেহনা অর্দ্ধবাহ্যদশাদা তৌজবা বিজ্ঞপ্তি

হিংলিঙৈ শিরগসু ফংজগে যুগল-সেবা ।
অহিং নুংথিল উজগে মাগী স্থান মাগী লীলা ॥
অনিগী লীলা শায়-শায়বা মফমত্তুদা ।
থরায়সি লুপচগে সখীগী তুংইঙ্গুহনা ॥
শ্রীরূপমঞ্জরী' সেবা ফংজগে তত্তুনা ।
ঐগী মন্ত্র মহৌষধিনি মখোঙ থম্বালনা ॥

শ্রীরতিমঞ্জরী দেবি ! ননাইবু চানবিয়ু ।
নখোঙ খঙ্বান্দা খুপচবা তত্তনা পীনবিয়ু ॥
শ্রীরসমঞ্জরী দেবি ! চঙখোয়া তাবিয়ু
নখোঙ খঙ্বান তত্তনা নিঙজবা পীনবিয়ু ॥
বৃন্দাবন্দা নিত্তি খুদিং অনিনা শান্নরি ।
নরোত্তম দাসনা তত্তনা প্রার্থনা তৌজরি ॥

(২৮)

রাধাকৃষ্ণ প্রাণ মোর যুগল কিশোর ।
জীবনে মরণে গতি আর নাহি মোর ॥
কালিন্দীর কূলে কেলি কদম্বের বন
রতন বেদীর উপর বসাব দুজন ॥
শ্যামগৌরী অঙ্গে দিব (চুয়া) চন্দনের গন্ধ ।
চামর ঢুলাব কবে হেরিব মুখচন্দ্র ॥
গাঁথিয়া মালতীর মালা দিব দোঁহার গলে ।
অধরে তুলিয়া দিব কর্পূর তাম্বুলে ॥
ললিতা বিশাখা আদি যত সখীবৃন্দ ।
আজ্ঞায় করিব সেবা চরণারবিন্দ ॥
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুর দাসের অনুদাস ।
সেবা অভিলাষ করে নরোত্তম দাস ॥

(২৮) অর্দ্ধবাহ্য দশাদা তৌজবা বিজ্ঞপ্তি ।

রাধাকৃষ্ণ যুগলকিশোর ননাইগী থন্নায়ান ।
হিংলিঙৈস্নু শিরগম্ন অতৈ লৈতে. গতি ॥

যমুনা মপান্দা কেলি-কদমগীস্যু বম্নি।
রত্ন সিংহাসনগী 'থক্তা অনি ফমহঞ্জনি ।
রাধাশ্যামগী শ্রীঅঙ্গদা থোগঞ্জগে চন্দন্না ।
চামর থোগন্দুনা কদোঁইঙে মাইথোং থা উগবা ।।
মালতীপরেং লেংজত্নুনা 'নিগী ওক্তা হুকচগে ।
পানা চদুম লোথত্তুনা চিন্নান্দা ইঙ্গগে ।।
ললিতা বিশাখানচিংবী অতৈ সখী কয়া ।
মখোইগী য়াথংনা ফংনি অনিগী চরণ-সেবা
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভু (গী) মনাই নাইথাং ননাইনা
সেবাতবু নিজন্নিয়ে ননাই নরোত্তমনা ।।

(২৯)

হরি হরি ! কবে মোর হইবে সুদিনে।
কেলিকৌতুক রঙ্গে করিব সেবনে ।।
ললিতা বিশাখা সনে, যতেক সখীর গণে,
মণ্ডলী করিব দোঁহা মিলি ।
রাই কানু করে ধরি, নৃত্য করে ফিরি ফিরি,
নিরখি গোঙাব কুতুহলী ।।
অলস-বিশ্রাম ঘরে, গোবর্দ্ধন গিরিবরে,
রাই কানু করিবে শয়নে ।
নরোত্তম দাসে কয়, এই যেন মোর হয়,
অণুক্ষণ চরণ সেবনে ।।

## (২৯) লালসা

হরি হরি ! কৈদোঔঙেনো ঐগী য়াইফদোবা ।
হয়াও তয়াম্ ময়ুংঙাইনা 'নিগী সেবা ফঙবা ॥
ললিতা বিশাখা য়াওনা, সখী কয়াগা লোয়নবা,
মণ্ডলী শেমগনি অনি য়াওনা ।
রাধাশ্যামনা থুংশমননা, জগোই শাবা লৈন-লৈনা,
য়েংছনা মতম লেম্নি হরাওনা ॥
অরা-পোথাকম্ মন্দিরদা,* গিরিরাজ-গোবর্দ্ধন্দা,
চেপকনি রাধাকৃষ্ণ অনিনা ।
হায়জৈ নরোত্তম দাসনা, অসিগুম্ববু ওইরকত্রা,
তত্তনা চরণ সেবা ফংজবা ॥

## (৩০)

গোবর্দ্ধন গিরিবর, কেবল নির্জ্জন স্থল,
রাইকানু করিবে শয়নে ।
ললিতা বিশাখা সঙ্গে, সেবন করিবে রঙ্গে
রসময় রাতুল চরণে ॥
কনক সম্পুট করি, কর্পূর তাম্বুল ভরি,
যোগাইব বদনকমলে ।
মণিময় কিঙ্কিণী, রতন নূপুর আনি,
পরাইব চরণ যুগলে ॥

---

* বাসগী জগোই শাবা বারবা মতমদা ইবুঙো ইবেম্মা পোথাকম মন্দির অমা গোবর্দ্ধন্দা লৈ ।

কতক কটোরা পুরি, সুগন্ধি চন্দন বুরি,
দোঁহাকার শ্রীঅঙ্গে ঢালিব।
গুরুরূপা সখী বামে, ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমা ঠামে,
চামরের বাতাস করিব॥
দোঁহার কমল আঁখি, পুলক হইয়া দেখি,
দুঁহু-পদ পরশিব কবে।
চৈতন্যদাসের দাস, মনে মাত্র অভিলাষ,
নরোত্তম দাসে সদা স্ফুরে॥

(৩০) লালসা

গিরিরাজ গোবর্দ্ধন্দা, মীচিকলবা মফমত্তুদা,
চেপকনি রাধাশ্যাম অনিনা।
ললিতা বিশাখা য়'ওনা, সেবা তৌজনি হরাওনা,
রস চেনবা ওাংঙ্াবা চরন্দা॥
সনাগী শেম্পাক থম্না, কর্পূর তাম্বুল হাপ্তুনা,
কৎচগনি মায়থোং থম্বালদা।
মণি-কিঙ্কিনীনা খ্বাংদা, নিংথিবা নূপুর পায়ত্তুনা
শিঞ্জিঙগনি চরণ অনিদা॥
তেঙ্গোৎ কয়া থম্না থম্না সুগন্ধি চন্দন কন্দুনা
অনিগী শ্রীঅঙ্গদা হৈজগনি।
গুরু সখীগী ওয় ওইনা,* লৈবেংববু মথেক অহমনা
চামর থৌগল তৌজগনি।

---

*গুরুসখীনা ইবুংঙো ইবেম্মগী সেবা চঙবদা সাধকদাসীনা গুরুসখীগী ওয়দা লৈবদুনা সেবা য়াওজগনি।

অনিগী মীৎস্না থম্বালবু,    য়েংজন্ননা হরাওনবু,
কদৌঙৈ 'নিগী চরণ শোকচনি ।
চৈতন্য' মনাই নাইথাংনা    পুকনিংতদদি নীংজবা
নরোত্তম দাসদা তত্তনা ফাওরি ।।

(৩১)

হরি হরি ! আর কি এমন দশা হব ।
কবে বৃষভানু পুরে,    আহিরী গোপের ঘরে,
তনয়া হইয়া জনমিব ।।
যাবটে আমার কবে,    এ পানিগ্রহণ হবে,
বসতি করিব কবে তায় ।
সখীর পরম শ্রেষ্ঠ,    যে তাহার হয় প্রেষ্ঠ,
সেবন করিব তার পায় ।।
তেঁহ কৃপাবান হৈঞা,    রাতুল চরণে লঞা,
আমার করিবে সমর্পণ ।
সফল হইবে দশা,    পূরিবে মনের আশা,
সেবি দুঁহার যুগল চরণ ।।
বৃন্দাবনে দুইজন,    চতুর্দ্দিকে সখীগণ,
সেবন করিব অবশেষে ।
সখীগণ চারিভিতে,    নানা যন্ত্র লঞা হাতে,
দেখিব মনের অভিলাষে ।।
দুঁহু চাঁদ মুখ দেখি,    জুড়াবে তাপিত আঁখি,
নয়নে বহিবে অশ্রুধার ।

বৃন্দার নিদেশ পাব, দোঁহার নিকটে যাব,
হেন দিন হইবে আমার ॥
শ্রীরূপমঞ্জরী সখী, মোরে অনাথিনী দেখি
রাখিবে রাতুল দুটী পায় ।
নরোত্তম দাস ভনে, প্রিয়নর্ম্মসখীগণে,
কবে দাসী করিবে আমায় ॥

## (৩১) লালসা

হরি হরি ! 'সিগুব' দশাসি ওইররোইগ্রা !
কদোইঙ্গৈ ঐনা বর্ষাম্দা, আহিরী গোপগী য়ুমদা,
গোপনিঙোল ওইনা পোকচগবা ॥
যাবট্টা কদোইঙৈ ঐনা, ইয়ুম পানবা কংজহনা
নৈবা কংজগবা মকমত্তুদা ।
সখীলক্তা 'অথোইবী, মাগীদি চাম্রথোইরবী,*
সেবা কংগবা মাগী চরন্দা ॥
মানা থৌজানবিরহনা, ভাঙ্‌ৢবা চরণ নাক্তা,
ভোম্রবীবু শিন্নবিরবদি ।
ঐগী দশা ফরগনি, ঐনা নীংবা থুংলগনি
'নিগী চরণ সেবা কংজরনি ॥
বৃন্দাবন্দা অনিহবু, অকোয়বদা সখীশিংবু,
মমৈথংদা সেবা ভৌজরনি ।

---

*সখীলক্তা অথোইবী—ললিতা ; মাগী চাম্রথোইরবী—শ্রীরূপমঞ্জরী ।

অকোয়বদা সখীশিংদো, নানা যন্ত্র পায়রিবদো,
পামজবা 'মা য়াওনা য়েংজগনি ॥
উরগা মায়খোংথা অনি, শারবা ইমিৎ ঈংগনি,
পিগী ঈচেল শিন্নজনি ইমিত্তা ।
বৃন্দাগী য়াথং কংবদা, অনিগী নাক্তা চঙ্চবা,
কৈদৌঙৈনো ঐনা ফংগদবা ॥
শ্রীরূপমঞ্জরী সখীনা, তোয়বীনি খঙবিহ্না,
থম্বিনি 'ভাত্রাবা চয়মাক্তা ।
খঞ্জরি নরোত্তম দাসনা, প্রিয়নর্ম্ম সখীশিংনা,
কদৌঙৈ দাসী ওইহনবিগবা ॥

(৩২)

হরি হরি ! আর কি এমন দশা হব ।
ছাড়িয়া পুরুষ দেহ, কবে বা প্রকৃতি হব,
দুঁহু অঙ্গে চন্দন পরাব ॥
টানিয়া বাঁধিব চূড়া, নব গুঞ্জাহারে বেড়া,
নানা ফুলে গাঁথি দিব হার ।
পীতবসন অঙ্গে, পরাইব সখী সঙ্গে,
বদনে তাম্বুল দিব আর ॥
দুঁহু রূপ মনোহারী, হেরিব নয়ন ভরি,
নীলাম্বরে রাই সাজাইয়া ।
নবরত্ন-জরি আনি, বান্ধিব বিচিত্র বেণী,
তাহে ফুল মালতী গাঁথিয়া ॥

সে না রূপ মাধুরী, দেখিব নয়ন ভরি,
এই করি মনে অভিলাষ।
জয় রূপ সনাতন, দেহ মোরে এই ধন,
নিবেদয়ে নরোত্তম দাস॥

## (৩২) লালসা

হরি হরি! 'সিগুম্বা দশাসি ওইররোইজ্রা।
নিপা ওইবসি তোক্নুনা, কদোৗঙৈ মুপী ওইগবা,
শ্রীঅঙ্গদা চন্দন খঙ্গবা।।
চূড়া চেৎনা পুঞ্জগনি, গুঞ্জামালা য়েৎচগনি,
লৈগী পরেংনা খোগঞ্জগনি।
সনা ফীগে শ্রীঅঙ্গদা, খোঞ্জগনি মখীশিঙ্গা,
শ্রীমুখদা তাম্বুল খোগঞ্জনি॥
অনিগী রূপ পুকনিং হুবা, য়েংজগনি ইমিং পেন্না,
অশংবা ফীগে রাইদা খোল্লগা,
মণি 'থামলবা জরিনা, নিংখিবা বেণী পুন্দুনা,
মালতীপরেং থেৎকনি মাছুদা॥
অসিগুম্বা রূপ-মাধুরী, ইমিং পেন্না উজগনি,
অসিতনি পামজবা পুকনিংনা।
খুরুমজরি রূপ-সনাতন, পীনবিয়ু 'সিগুম্বা লন,
হায়জরি তোল্লবা নরোত্তমনা॥

(৩৩)

প্রাণেশ্বরি ! এইবার করুণা কর মোরে ।
দশনেতে তৃণ ধরি, অঞ্জলি মস্তকে করি,
এইজন নিবেদন করে ॥
প্রিয় সহচরী সঙ্গে, সেবন করিবে রঙ্গে,
অঙ্গে বেশ করিবেক সাথে ।
রাখ এই সেবা কাজে, নিজ পদ পঙ্কজে,
প্রিয় সহচরীগণ মাঝে ॥
সুগন্ধি চন্দন, মণিময় আভরণ,
কৌষিক বসন নানা রঙ্গে ।
এই সব সেবা যাঁর, দাসী হেন হও তাঁর,
অণুক্ষণ থাকি তাঁর সঙ্গে ॥
জল সুবাসিত করি, রতন ভৃঙ্গারে ভরি,
কর্পূরবাসিত গুয়া পান ।
এ সব সাজাইয়া ডালা, লবঙ্গ মালতী মালা,
ভক্ষ্যদ্রব্য নানা অনুপম ॥
সখীর ইঙ্গিত হইবে, এসব জানিয়া কবে,
যোগাইব ললিতার কাছে ।
নরোত্তম দাস কয়, এই যেন মোর হয়,
দাঁড়াইয়া রহু সখীর পাছে ॥

## (৩৩) সিদ্ধদেহনা তৌজবা বিজ্ঞপ্তি ।

প্রাণেশ্বরি ! ননাইবু চানবিরো হন্দকমুক্তি
ইয়াদা নাপী চিক্তুনা, ইকোক্তা ইখুং হাপ্তুনা
ননাইনা চরম্দা হন্জচ্ছরি ॥

চান্নবী লোয়নবী শিংগা, সেবা চঙজগে হয়াওনা,
কিজেৎ লৈতেংজগে শ্রীঅঙ্গদা।
কংহনবিয়ু 'সিগুম্ব' সেবা, নখোঙ খম্মাল অনিদ্ধুদা।
চান্নবী লোয়নবীশিংগী লক্তা ॥
মনম সুংশিরবা চন্দন, মণিনা শেম্বা আভরণ,
রেশমগী খাংজেৎ হরাও তয়ামনা।
'সিপুম্বনা সেবা ওইবী, * ওইজগে মহাকী দাসী
তত্তনা লৈজগে মাগী নাক্তা ॥
ইসিং মনম সুংশিরবা, সনাগী পাত্র থল্লব',
কর্পূরনা মনম হাপলবা পানা।
অসি পুম্বা শেমজরগা, লবঙ্গ মালতী মালা,
অচা-অথক নিঙথীরবা কয়া ॥
সখীগী ইঙ্গিৎ ফংবদা, অসি পুম্বা পুরকলগা,
লানশিঙনি ললিতাগী নাক্তা।
নরোত্তম দাসনা হায়জে, ওইহনবিগবা কদৌঙৈ,
লেপ্পা ফংজবা সখীগী নাক্তা ॥

(৩৪)

অরুণ কমল দলে, শেষ বিছাইব
বসাইব কিশোর কিশোরী ॥
অলক-আবৃত-মুখ, পঙ্কজ মনোহর,
মরকত শ্যাম হেমগৌরী ॥
প্রাণেশ্বরি ! কবে মোরে হবে কৃপাদিঠি।

---

* নিজ গুরুদেবগী সখী মঞ্জরী—আনন্দ মঞ্জরী

আজ্ঞায় আনিয়া কবে, বিবিধ ফুলবর,
শুনব বচন দুঁহু মিঠি ॥
মৃগমদ-তিলক, সিন্দুর বনায়ব,
লেপন চন্দন গন্ধে।
গাঁথি মালতী ফুল, হার পহিরাওব,
ধাওয়াব মধুকরবৃন্দে ॥
ললিতা কবে মোরে, বীজন দেওয়ব,
বীজব মারুত মন্দে।
শ্রমজল সকল, মিটব দুঁহু কলেবর,
হেরব পরম আনন্দে ॥
নরোত্তম দাস, আশ পদপঙ্কজ,
সেবন মাধুরী পানে।
হোওয়ব হেন দিন, না দেখিবে কোন চিন,
দুঁহু জন হেরব নয়ানে ॥

## (৩৪) সিদ্ধদেহনা তৌজবা বিজ্ঞপ্তি।

অঙাঙবা থম্বান লৈনানা, শেমজগনি শয্যা,
ফমহঞনি ইবুংঙো-ইবেম্মা।
শমজোয়না থুম্বা মায়থোংনি. থম্বানগুম নিংথীজবনি,
অশংবা মণি সনাগী কুচুগা ॥
প্রাণেশ্বরি! কদৌঙৈদা ঐবু চানবিগনি।
লৌরুনি য়াথং ফংহনা, নিংথীবা লৈ মথল মথা,
অনিগী মুংশিবা য়াঙাং তাজনি ॥

কস্তু্রী' চন্দন থিঙ্গে, সিন্দুরসু নমজগে,
গন্ধচন্দমা খোগঙ্গে।
মালতী পরেং লেংহনা, হকচগেনে ওকশমদা,
খোইমু শঙ্গু শঙ্গু তাম্নহনগে ॥
ললিতানা কদৌউদা, হুমাই শিন্নবিগবা,
তপনা হুমাই খোগঙ্গবা।
রারুবৈ তারকপা হুমাং, তৈথোকচগে 'নিঙ্গী হকচাং,
য়েংজগে য়ৌনা ফুতাইনা ॥
নরোত্তম দাসনা হায়জৈ, চরণ খম্বাল আশা তৌজৈ,
সেবাগী নিংথীবা ফংহনা।
হুমিং অদো ওইরকখিত্রা, কয়িমতা উজদনা
অনিতবু উজবা মীৎসিনা ॥

(৩৫)

কুসুমিত বৃন্দাবনে, নাচত শিখিগণে,
পিককুল ভ্রমর-ঝঙ্কারে।
প্রিয় সহচরী সঙ্গে, গাইয়া যাইবে রঙ্গে,
মনোহর নিকুঞ্জ-কুটীরে।
হরি হরি! মনোরথ ফলিবে আমারে।
দু'হুক মন্থর গতি, কৌতুক হেরব অতি,
অঙ্গ ভরি পুলক অন্তরে ॥
চৌদিকে সখীর মাঝে, রাধিকার ইঙ্গিতে,
চিরুণী লইয়া করে করি।

কুটিল কুন্তল সব, বিথারিয়া আঁচরব,
বনাইব বিচিত্র কবরী ॥
মৃগমদ মলয়জ, সব অঙ্গে লেপব,
পরাইব মনোহর হার।
চন্দন কুঙ্কুমে, তিলক বসাইব,
হেরব মুখ সুধাকর ॥
নীল পট্টাম্বর, যতনে পরাইব,
পায়ে দিব রতন মঞ্জীরে।
ভৃঙ্গারের জলে রাঙ্গা, চরণ ধোয়াইব,
মুছব আপন চিকুরে ॥
কুসুম কমল দলে, শেষ বিছাইব,
শয়ন করাব দোঁহাকারে।
ধবল চামর আনি, মৃদু মৃদু বীজব,
ছরমিত দুঁহুক শরীরে ॥
কনক সম্পুট করি কর্পূর তাম্বুল ভরি,
যোগাইব দোঁহার বদনে।
অধর সুধারসে, তাম্বুল সুবাসে,
ভোখব অধিক যতনে ॥
শ্রীগুরু করুণাসিন্ধু, লোকনাথ দীনবন্ধু,
মুই দীনে কর অবধান।
রাধাকৃষ্ণ বৃন্দাবন, প্রিয়নর্ম্ম সখীগণ,
নরোত্তম মাগে এই দান ॥

## (৩৫) লালসা

(হৈ লৈ) শাংকাইরবা বৃন্দাবন্দা জগোই শারি রাহোংশিংনা,
কোকিলনা খোংলি ঙংলি খোইমুনা।
চান্নবী লোয়নবীশিংগা, ইশৈ ঙংনা য়ৌ'নি হরাওনা,
নিংথীবা নিকুঞ্জ মন্দিরদা॥
হরি হরি! ননাইনা নিঙবা থুংহনবিগদ্রা!
অনিগী অতপ্পা খোঙথাং. য়েংজগে লোয়ননা ঈরাং,
শ্রীঅঙ্গ পুক্লিং তুজুং হরাওনা।
সখীনা কোয়রবা ময়ায়দা, শ্রীরাধিকাগী য়াথংনা,
ইখুৎমকনা শমজেৎ পায়জগনি।
অখোইবা শমজোই অপুম্বা. হাংকনি নানগনি তিংনা,
শেমজগনি ফজরবা শমজী॥
কস্তুরী মনম অঙৈংবা, তৈজগনি শ্রীঅঙ্গ পুম্বা,
শিজিনগনি নিংথীরবা লিক·কোল।
কুঙ্কুম কোৗবা চন্দন্না, তিলক থোগঞ্জরগা.
মুন্না য়েংজগনি মাইথোং থানিল॥
অশংবা মুগাগী সাড়ী, চোকশিন্না খোলহনগনি,
চরন্দা নূপুর শিজিনগনি।
মনম চাইরবা ইসিংনা, ঙাঙ তবা চরণ শেংলগা,
ইশাগী ইশমনা তৈথোকচনি॥
লৈরাং থম্বাল লৈনানা, শেমজনি নিংথীবা শয্যা
অনিবু চেপহনগনি মাহুদা।

অঙৌবা চামর পায়ত্না, হুমগনি তপনা তপনা,
বারুয়বা শ্রীঅঙ্গ অনিদা ।।
সনাগী পেম্পাক্তা থম্না, কর্পূর তাম্বুল হাপ্তুনা
অনিগী শ্রীমুখদা ইনগনি ।
অধরামৃত থুমলবা পানা মনম হুংশিরবা,
চ্যেকশিন্না খোরাংনা ঙাইজগনি ॥
শ্রীগুরু খোজানগী মপু, লোকনাথ তোল্লবৈ মপু,
তাবিয়্রু তোল্লবনা হায়জবা ।
রাধাশ্যামগা বৃন্দাবনগা, প্রিয় নর্ম্ম সখীশিংগা
'সিতনি নরোত্তমনা নিজবা ॥

(৩৬)

হরি হরি ! কবে মোর হইবে সুদিন ।
গোবর্দ্ধন গিরিবরে, পরম নিভৃত ঘরে,
রাই কানু করাব শয়ন ॥
ভৃঙ্গার জলে রাঙ্গা, চরণ ধোয়াইব,
মুছব আপন চিকুরে ।
কনক সম্পুট করি, কর্পূর তাম্বুল পূরি,
যোগাইব দুঁহুক অধরে ॥
প্রিয় সখীগণ সঙ্গে, সেবন করিব রঙ্গে,
চরণ সেবিব নিজ করে ।

দুঁহুক কমল দিঠি, কৌতুক হেরব,
দুঁহু অঙ্গ পুলক অন্তরে ॥
মল্লিকা মালতী যূথি, নানা ফুলে মালা গাঁথি,
কবে দিব দোঁহার গলায় ।
সোনার কটোরা করি, কর্পূর চন্দন ভড়ি,
কবে দিব দোঁহাকার গায় ॥
আর কবে এমন হব, দুঁহু মুখ নিরখিব
লীলারস নিকুঞ্জশয়নে ।
শ্রীকুন্দলতার সঙ্গে, কেলি কৌতুক রঙ্গে,
নরোত্তম করিবে শ্রবণে ॥

## (৩৬) লালসা

হরি হরি ! কৈদৌঙৈনো ঐগী য়াইফদোবা ।
গিরিরাজ গোবর্দ্ধন্দা, য়োনা চিকলবা মন্দিরদা,
রাধাশ্যাম অনিবু চেপহনগবা ॥
মনম চাইরবা ইসিংনা, ভাঙ বা চরণ শেংলগা,
ইশাগী ইশমনা তৈথোকচনি ।
সনাগী শেম্পাক থন্না, কর্পূর তাম্বুল হাগ্‌না,
অনিগী শ্রীমুখদা ইনগনি ॥
প্রিয় সখীশিং লোয়ননা, সেবা তৌজনি হরাওনা,
চরণ সেবা তৌজনি ইথুংনা ।
অনিগী মেঙলবা মীৎয়েং, য়েংজনি লোয়ননা ঈরাং,
অনি' শ্রীঅঙ্গ হরাও-তয়ামনা ॥

মল্লিকা মালতী যূথি, লৈ-পরেং মথল মথৈমগী,
হুকচগনি অনিগী ভকশমদা ।
সনাগী তেঙ্গোৎ খল্লা, কর্পূরচন্দন হাপ্তুনা,
কদৌঙৈনো খৌগজগদবা ।।
কদৌঙৈনো ওইগদৌবা, শ্রীমুখ অনি উজদৌবা,
নিকুঞ্জদা চেপ্পা লীলাগী রস ।
শ্রীকুন্দলতা লোয়ননা, হরাও-তয়াম শান্ননা,
তাজগবা হে নরোত্তম দাস ।

(৩৭)

প্রভু হে ! এইবার করহ করুণা ।
যুগল চরণ দেখি, সফল করিব আঁখি,
এই মোর মনের কামনা ।।
নিজপদ সেবা দিবা, নাহি মোরে উপেক্ষিবা,
দুঁহু পঁহু করুণা সাগর ।
দুঁহু বিনু নাহি জানো, এই বড় ভাগ্য মানো,
মুই বড় পতিত পামর ।।
ললিতা আদেশ পাঞা, চরণ সেবিব যাঞা,
প্রিয় সখী সঙ্গে হয় মনে ।
দুঁহু দাতাশিরোমণি, অতি দীন মোরে জানি,
নিকটে চরণ দিবে দানে ।।
পাব রাধাকৃষ্ণ পা, ঘুচিবে মনের ঘা,
দূরে যাবে এসব বিকল ।

নরোত্তম দাসে কয়, এই বাঞ্ছা সিদ্ধি হয়,
দেহ প্রাণ সকল সফল ॥

## (৩৭) বিজ্ঞপ্তি।

প্রভু হে! হন্দকমুক্তি খৌজানবিয়োগবা।
চরণ অনি উজরগা, ইমিৎ অনিসি পেজবা,
অসিনি ননাইনা নীংজরিবা ॥
চরণ সেব পীনবিয়ু, ননাই ঐবু ইম্হোকপিন্নু,
অনিমক খৌজানগী সমুত্রনি।
অনি নত্তনা খণ্ডজত্রি, ইরাইবক কৈ খঙরি,
ননাইদি তোল্লবা পাপচেনবনি ॥
ললিতাগী য়াখং কংহুনা তৌজগনি চরণ সেবা,
প্রিয় সখীগা তিন্নজনিংই।
অনিমক পীনহৈবনি, তোল্লবনি খণ্ডবিবনি,
চরন্নাক্তা লৈজবা পীবিনি ॥
রাধাশ্যামগী চরণ কং'নি, পুকনিংগী 'ব্রাবা কোক্কনি,
অব্রাবা পুষ্পা লাপনা চৎখিনি।
নরোত্তমনা হায়জরি, নীংবসিবু খুংলবদি,
থব্রাই হকচাংস্নু মহৈ য়াল্লনি ॥

## (৩৮)

হরি হরি! কি মোর করম অনুরত।
বিষয়ে কুটিলমতি, সৎসঙ্গে না হৈল রতি,
কিসে আর তরিবার পথ ॥

স্বরূপ সনাতন রূপ, রঘুনাথ ভট্টযুগ,
লোকনাথ সিদ্ধান্ত সাগর।
শুনিতাম সে সব কথা ঘুচিত মনের ব্যথা,
তবে ভাল হইত অন্তর ॥
যখন গৌর নিত্যানন্দ, অদ্বৈত আদি ভক্তবৃন্দ,
নদীয়া নগরে অবতার।
তখন না হৈল জন্ম, এবে দেহে কিবা কর্ম্ম,
মিছা মাত্র বহি ফিরি ভার ॥
হরিদাস আদি বুলে, মহোৎসব আদি ক'রে,
না হেরিনু সে সুখ বিলাস।
কি মোর দুঃখের কথা, জনম গোঙানু বৃথা
ধিক্ ধিক্ নরোত্তম দাস ॥

## (৩৮) নুংঙাইতবা ফোংদোকপা (আক্ষেপ)

হরি হরি ঐবু কর্ম্মনা কন্না পুন্নেদো !
বিষয়না পুকনিং শেপহল্লে, অফবা সঙ্গ পামলুদ্রে,
লাম্নবা লম্বী কদাইদনো ॥
স্বরূপ সনাতন রঘুনাথ, রূপ ভট্ট অনি লোকনাথ,
মপা নৈতে ভক্তিসিদ্ধান্তদা।
রাশিংহু তারমলবদি, অন্নাবা কোকলমগদো'নি,
থরাইসি নুংঙাইজরমগনিদা ॥

গৌরাঙ্গ নিত্যানন্দ, অদ্বৈতনচিংবা ভক্ত,
নদীয়াদা অবতার তৌবিখি।
পোকহৌরেদো মতমত্থদা, কৈদোননি হকচাংসিনা,
অরেম্বা পোৎলুম পুত্থনা কোয়রি ॥
হরিদাসখোইনা কোয়না, মহোৎসবনচিংবা তৌবা,
উজহৌদ্রে 'ছুগুম্বা স্থংঙাইবা।
করি হায়নি ঐগী 'বাবা, ওইরে পুন্সিসে অরেম্বা,
তোল্লিদা নরোত্তম তোল্লিদা ॥

(৩৯)

শ্রীরূপমঞ্জরী পদ, সেই মোর সম্পদ,
সেই মোর ভজন পূজন।
সেই মোর প্রাণধন, সেই মোর আভরণ,
সেই মোর জীবনের জীবন ॥
সেই মোর রসনিধি, সেই মোর বাঞ্ছাসিদ্ধি,
সেই মোর বেদের ধরম।
সেই ব্রত সেই তপ, সেই মোর মন্ত্র জপ
সেই মোর ধরম করম ॥
অনুকূল হবে বিধি, সেই পদে হইবে সিদ্ধি
নিরখিব এ দুই নয়ানে।
সে রূপমাধুরী রাশি, প্রাণ কুবলয়শশী,
প্রফুল্লিত হবে নিশিদিনে ॥

তুয়া অদর্শনে অহি, গরলে জারল দেহি-
চিরদিন তাপিত জীবন।
হাহা প্রভু ! কর দয়া, দেহ মোরে পদছায়া,
নরোত্তম লইল শরণ ॥

## (৩৯) লালসা

শ্রীরূপমঞ্জরী চরণ, মাহ্না ঐগী ওইরি লন,
ঐগী ভজন-পূজা তোকম ওইরি।
মাহ্না থরায়গী লম্রি, মাহ্না ঐগী ফীজোম্নি,
থরায়গী থরায় মাহ্না ওইরি।
ঐগী রসগী ফুংফমনি, ঐগী নীংবা থুংহনবীনি,
মাহ্না ঐগী বেদগী ধর্ম্মনি।
ব্রতস্থ তপস্থ মাতনি, মাহ্ ঐগী মন্ত্র জপনি,
মাহ্না ঐগী ধর্ম্ম-কর্ম্মনি ॥
বিধিনা চানবিরবদা, য়োজগনি চরন্দুদা,
উজগনি ইমীৎ অনিসিনা।
শ্রীরূপকী নিংথীবহ্না, থরায়·থরোগী থা ওইনা,
শাৎলনি অহিং হুংথিল নাইদনা ॥
নংবু উদবনা লিল-ওই, মাগী হূনা চাকথেকলবোই
থরায়সে চাকলে মতম পূম্বদা।
হে প্রভু থৌজানবিহ্না, চণ্ডজফম শীনৌ চরন্দা
চণ্ডজরি তোল্লবা নরোত্তমনা ॥

(৪০)

শুনিয়াছি সাধুমুখে বলে সর্ব্বজন ।
শ্রীরূপকৃপায় মিলে যুগল চরণ ॥
হা হা প্রভু ! সনাতন গৌর পরিবার ।
সবে মিলি বাঞ্ছা পূর্ণ করহ আমার ॥
শ্রীরূপের কৃপা যেন আমা প্রতি হয় ।
সে পদ আশ্রয় যাঁর সেই মহাশয় ॥
প্রভু লোকনাথ কবে সঙ্গে লঞা যাবে ।
শ্রীরূপের পাদপদ্মে মোরে সমর্পিবে ॥
হেন কি হইবে মোর নর্ম্ম সখাগণে ।
অনুগত নরোত্তমে করিবে শাসনে ॥

(৪০) লালসা

তাজরে সাধুগী চিন্দগী খ্বাইনা হায়নবা ।
যুগল চরণ ফংই শ্রীরূপমঞ্জরী' কৃপানা ॥
হে প্রভু সনাতন গৌরগী ভক্ত অপুম্বা !
খ্বাই তিন্নহুনা থুংহনবিয়ু ননাইগী নীংবা ॥
শ্রীরূপমঞ্জরীনা চানবিসনু ননাইবু ॥
মহাশয়নি মাগী চরন্দা চঙজবা মীহু ॥
হে প্রভু লোকনাথ ! কদোঔ পুবিগদগে !
শ্রীরূপমঞ্জরী-চরন্দা শিন্নবিগদগে ॥
ওইরগত্রা ঐগী প্রিয় নর্ম্ম সখীশিংনা ॥
তুংইঞবা নরোত্তমু রারক রাতেম্বিবা ॥

(৪১)

এই নব দাসী বলি শ্রীরূপ চাহিবে।
হেন শুভক্ষণ মোর কতদিনে হবে॥
শীঘ্র আজ্ঞা করিবেন দাসী হেথা আয়।
সেবার সুসজ্জা কার্য্য করহ ত্বরায়॥
আনন্দিত হঞা হিয়া তাঁর আজ্ঞাবলে।
পবিত্র-মনেতে কার্য্য করিব তৎকালে॥
সেবার সামগ্রী রত্ন থালাতে করিয়া।
সুবাসিত বারি স্বর্ণ ঝারিতে পূরিয়া॥
দোঁহার সম্মুখে লয়ে দিব শীঘ্রগতি।
নরোত্তমের দশা কবে হইবে এমতি॥

(৪১) লালসা

অনৌবী দাসীহুনি হায়না শ্রীরূপ মঞ্জরীনা।
য়েংবিবা অফবা থেনফম কদৌঙৈ ওইগবা॥
তন্না য়াথং তাকপিগনি "দাসী লাউ অসিদা।
সেবাগী পোৎলম শেমশানবা তৌ থীন্দনা"॥
মাগী য়াথংনা থৱায়সি হুঙাইহল্লহুনা।
পুকনিং শেংনা থবক্তু তৌজনি মতমহুদা॥
সেবাগী পোৎচৈ সনাগী পুথমদা হাপ্তুনা।
মনম চাইরবা ইসিং সনাগী ঝারি থন্না॥
লৌরুহুনা থমগনি তন্না অনিগী মাঙদা।
কদৌঙৈ ওই'নি নরোত্তমগী 'সিগুম্বা দশা॥

(৪২)

শ্রীরূপ পশ্চাতে আমি রহিব ভীত হঞা।
দোঁহে পুনঃ কহিবেন আমা পানে চাঞা॥
সদয় হৃদয় দোঁহে কহিবেন হাসি।
কোথায় পায়লে রূপ! এই নব দাসী॥
শ্রীরূপমঞ্জরী তবে দোঁহ বাক্য শুনি।
মঞ্জুলালী দিল মোরে এই দাসী আনি॥
অতি নম্রচিত্ত আমি ইহারে জানিল।
সেবাকার্য্য দিয়া তবে হেথায় রাখিল॥
হেন তত্ত্ব দোঁহাকার সাক্ষাতে কহিয়া।
নরোত্তমে সেবায় দিবে নিযুক্ত করিয়া॥

(৪২) লালসা

শ্রীরূপমঞ্জরীগী তুংদা লৈজনি কিনা।
ঐঙোন্দা য়েংছনা অমুক তাকপিনি অনিনা॥
থৌজানগী থম্মোইনি অনি নোক্নুনা তাকপিনি
"হে রূপ কদায়দগী ফংলুই অনৌবী দাসীসি॥"
শ্রীরূপমঞ্জরীনা অনিগী রাহৈ তাবদা।
"মঞ্জুলালীনা ননাইসি পীরম্বনি ঐঙোন্দা॥

রামনা নোঙ্গি তম্মি ননাইসি ঐনা থজরে।
অহুনা সেবাগী থবক্তা 'সিদা থমজরে ॥'
অনিগী চরণদা হন্‌ংপিহুনা রারমসি।
নরোত্তমু সেবাগী থবক্তা থৌদাবিনি ॥

(৪৩)

হাহা প্রভু লোকনাথ! রাখ পাদদ্বন্দ্বে।
কৃপাদৃষ্ট্যে চাহ যদি হইয়া আনন্দে ॥
মনোবাঞ্ছা সিদ্ধি তবে, হও পূর্ণতৃষ্ণ।
হেথায় চৈতন্য মিলে সেথা রাধাকৃষ্ণ ॥
তুমি না করিলে দয়া কে করিবে আর।
মনের বাসনা পূর্ণ কর এইবার ॥
এ তিন সংসারে মোর আর কেহ নাই।
কৃপা করি নিজপদতলে দেহ ঠাঞি ॥
রাধাকৃষ্ণ-লীলাগুণ গাঙ রাত্রিদিনে।
নরোত্তম বাঞ্ছা পূর্ণ নহে তুয়া বিনে ॥

---

* ব্রজদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমসেবা মতুং করমনা ফংবা; যাবগে হায়বা নিংমহু মসিদা তাকলি। ইবুঙো-ইবেম্মগী হাকথেংননা সেবা চত্তবা যাবা দেহ ফংজরগা বয়:সন্ধিগী চহি মতাংদা গুরুরূপা সখীগী তুং ইল্লগনি।

ইহলোকতা মরু পীবিহুনা রাগানুগা ভজন-লম্বী তাকপিরিবহু ব্রজগী নিত্য লীলাদা গুরুরূপা সখীনি। মানা চানবিয়গা শ্রীরূপ-মঞ্জরীদা শিংবিগনি। শ্রীরূপ-মঞ্জরীনা ইবুঙো ইবেম্মা অনিদা হন্‌ংপিহুনা অনিগী সেবাদা থৌদাবিগনি।

## (৪৩) লালসা

হাহা প্রভু লোকনাথ! থম্বিয়ু চরণ নাক্তা।
হরাওনা য়েংবিরবদি কৃপাগী মীৎয়েংনা॥
নীংজবা থুঙনি খোৱাংবা পূমকোক কোকনি।
সিদনা চৈতন্য আ-দনা রাধাশ্যাম ফঙনি॥
নংনা খৌজানবিরবদা কনানা চানবিনি।
পুকনিংনা পামজবা থুংহনবিরো হন্দকমুক্তি॥
ঐগী অতৈ কনা লৈতে মরোল অহুমসিদা
চানবিহনা পীবিয়ু চঙজফম নথুরাদা॥
রাধাশ্যামগী লীলাগুণ শকচগে অহিং হুংথিন্দা।
নরোত্তমগী নীংবা থুংলরোই নহাক নত্তনা॥

## (৪৪)

লোকনাথ! প্রভু তুমি দয়া কর মোরে।
রাধাকৃষ্ণ চরণে যেন সদা চিত্ত স্ফুরে॥
তোমার সহিতে থাকি সখীর সহিতে।
এই ত বাসনা মোর সদা উঠে চিতে॥
সখীগণ জ্যেষ্ঠ যেঁহো তাহার চরণে।
মোরে সমর্পিবে কবে সেবার কারণে॥
তবে সে হইবে মোর বাঞ্ছিত পূরণ।
আনন্দে সেবিব দোঁহার যুগল চরণ॥
শ্রীরূপমঞ্জরি! সখি! কৃপাদৃষ্ট্যে চাঞা।
তাপী নরোত্তমে সিঞ্চ সেবামৃত দিঞা॥

## (৪৪) লালসা

হে লোকনাথ প্রভু ! ননাইবু খৌজানবিয়ু ।
রাধাকৃষ্ণগী চরন্দা থম্মোইসি ফাওসনু ॥
নহাক্কা লোয়নরগা য়োগনি সখী 'নাক্তা ।
নীংজরিবসি হৌরকই থম্মোইদা তত্তনা ।।
সখীশিংগী লুচিংবী মহাকুগী চরন্দা ।
শিন্নবিনি ঐবু কদৌঙৈ সেবা তৌনবা ।।
মাহুতদা ওইগনি ননাইগী নীংবা থুংবা ।
অনিগী চরন্দা হরাওনা তৌজনি সেবা ।।
শ্রীরূপমঞ্জরী ! খৌজানগী মীৎয়েং য়েংবিয়ু ।
চাকলবা নরোত্তমদা সেবামৃত খিকপিয়ু ।।

## (৪৫)

হাহা প্রভু ! কর দয়া করুণা তোমার ।
মিছা মায়াজালে তনু দহিছে আমার ।।
কবে হেন দশা হবে সখী সঙ্গ পাব ।
বৃন্দাবনে ফুল গাঁথি দোঁহাকে পরাব ।।
সম্মুখে বসিয়া কবে চামর ঢুলাব ।
অগরু চন্দন গন্ধ দোঁহ অঙ্গে দিব ।।
সখী আজ্ঞায় কবে তাম্বুল যোগাব ।
সিন্দুর তিলক কবে দোঁহাকে পরাব ।।
বিলাস কৌতুককেলি দেখিব নয়নে ।
চন্দ্রমুখ নিরখিব বসায়ে সিংহাসনে ॥

সদা সে মাধুরী দেখি মনের লালসে।
কতদিনে হবে দয়া নরোত্তম দাসে॥

## (৪৫) লালসা

হে প্রভু। খিকপিরো খোজালগী ঈরিক নহাকী।
মীনম্বা মায়াগী লাংদা চাকলে হকচাং ঐগী॥
সখী-সঙ্গ কংবা দশা কদোঁউ ওইগবা।
বৃন্দাবন্দা লৈ লেংডনা আনন্দা খোনগবা॥
অনিগী মাঙদা কদোঁউ চামর খোগঞ্জনি।
অগরু চন্দন্না শ্রীঅঙ্গদা খোগঞ্জনি॥
সখী'য়াখং ফংবদা তাম্বুল সেবা চঙবা।
কদোঁউদা সিন্দুর তিলক খোগল ফংজগবা॥
অনিগী কে-নবা কুঞ্জে উজনি মীৎসিনা।
মাইখোংথা য়েংজনি কমহল্লগা সিংহাসন্দা॥
য়েংজনিংইদা মাধুরীদো পামজবা য়াওনা।
কয়া কুইরগা নরোত্তম্বু খোজানবিগবা॥

## (৪৬)

হরি। হরি! কবে হেন দশা হবে মোর।
সেবিব দোঁহার পদ আনন্দে বিভোর॥
ভ্রমর হইয়া সদা রহিব চরণে।
শ্রীচরণামৃত সদা করিব আস্বাদনে॥
এই আশা করি আমি যত সখীগণ।
তোমাদের কৃপায় হয় বাঞ্ছিত পূরণ॥

বহুদিন বাঞ্ছা করি পূর্ণ যাতে হয়।
সবে মেলি দয়া কর হইয়া সদয় ।।
সেবা আশে নরোত্তম কান্দে দিবানিসি।
কৃপা করি কর মোরে অনুগত দাসী ॥

(৪৬) লালসা

হরি হরি! কদোম্বৈ ওই'নি 'সিগুম্বা দশা।
অনিগী সেবা তৌজগনি হরাও ভয়ামনা ॥
খোইমু ওইনা শ্রীচরন্দা লৈজনি তত্তনা।
শ্রীচরণামৃত সেবন তৌজনি তত্তনা ।।
সখীশা ভাবিয়ু আশা অসি তৌজৈ ঐনা।
নীংজবসি থুংহনবিয়ু নখোইগী খোঙ্গান্না।
মতম কুইরে নীংজরিবা থুংহনবিরোগবা
ময়াম পুন্না মুংশিবিহুন' চানবিরোগবা ॥
সেবাইদমক অহিং-মুংখিল কপচৈ নরোত্তমদি।
চানবিয়ু ঐবু ওইহনবিয়ু ভুংইনবী দাসী ।।

(৪৭)

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দ।
জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় গৌরভক্ত বৃন্দ ।
কৃপা করি সবে মেলি করহ করুণা।
অধম পতিত জনে না করিহ ঘৃণা ।।
এতিন সংসার মাঝে তুয়া পদ সার।
ভাবিয়া দেখিনু মনে গতি নাহি আর ।।

সে পদ পাবার আশে খেদ উঠে মনে।
ব্যাকুল হৃদয় সদা করিয়ে ক্রন্দনে।।
কিরূপে পাইব কিছু না পাই সন্ধান।
প্রভু লোকনাথ পদ নাহিক স্মরণ।।
তুমি ত দয়াল প্রভু চাহ একবার।
নরোত্তম হৃদয়ের ঘুচাও অন্ধকার।।

(৪৭) লালসা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নিত্যানন্দবু খুরুমজৈ।
অদ্বৈতবু গৌরভক্ত পুম্ববু খুরুমজৈ।।
কৃপা তৌবিহ্না ময়াম পুন্না খৌজানবিয়ু।
তোম্নবা তারবা ননাইবু হন্দোইবিগনু।।
ময়োল অহমসিদা নংগী চরম্না মরানি।
খন্দুনা য়েংজরে অতৈ গতি লৈত্রবনি।।
চরন্দু ফংজনীংবনা রাজরি পুকনিংনা।
রাজরবা খম্মোইসিনা কপচরি তত্তনা।।
কমদোরগা খিত্তং ফঙবা কংত্রে খিবস্থ।
নীংশিংবা খোক্তে লোকনাথ প্রভুগী চরণসু।
নংদি খৌজাল হৈবনি প্রভু! হন্না য়েংবিয়ু।
নরোত্তমগী খম্মোইগী অমম্বা কোকপিরম্মু।।

(৪৮)

কবে কৃষ্ণধন পাব, হিয়ার মাঝারে থোব,
জুড়াইব এ পাপ পরাণ

সাজাইয়া দিব হিয়া, বসাইব প্রাণ প্রিয়া,
নিরখিব সে চন্দ্রবয়ান ॥
হে সজনি ! কবে মোর হইবে সুদিন ।
সে প্রাণনাথের সঙ্গে, কবে বা ফিরিব রঙ্গে,
সুখময় যমুনা পুলিন ॥
ললিতা বিশাখা নিয়া, তাঁহারে ভেটিব গিয়া,
সাজাইয়া নানা উপহার ।
সদয় হইয়া বিধি, মিলাইবে গুণনিধি,
হেন ভাগ্য হইবে আমার ॥
দারুণ বিধির নাট, ভাঙ্গিল প্রেমের হাট,
তিলমাত্র না রাখিল তার ।
কহে নরোত্তম দাস, কি মোর জীবনে আশ,
ছাড়ি গেল ব্রজেন্দ্রকুমার ॥

## (৪৮) মাথুরবিরহদা দর্শন-লালসা

কদৌঙৈ কৃষ্ণ ক্ষঙবা, থম্মোই লকাদা হাপকবা,
পাপচেনবা থরায়সে ঈংজগবা।
থম্মোইসে শেমশাজগনি, প্রাণ-নাথ ক্ষমহঞ্জনি,
য়েংজগনি মহাক্কী মাইথোং-থা ॥
হে সজনি ! কদৌঙৈনো ঐগী ফগদবা ।
প্রাণ-নাথগা লোয়ননা, কদৌঙৈ চৎকনি কোয়না
হুংঙাইরবা যমুনা পুলিন্দা ॥

ললিতা বিশাখা পুন্থনা, উমনি মাবু চন্তুনা,
অথেনপোৎ মথল মথা থেম্লুনা।
বিধিনা চানবিরহ্নুনা, মহাকা উমহনবিথা,
'সিগুম্বা লাইবক ঐগী ওইরব্রা ॥
তমথীবা থুংলীন বিথিগী, থুগাইরে কৈথেম্দো প্রেমগী,
থম্বিত্রে মাহুগী মমি ফাওবা।
নরোত্তম দাসনা হায়জরি, হিংহ্নুনা করি কাননি,
ব্রজেন্দ্রনন্দনা লেংথ্রবদা ॥

(৪৯)

এইবার পাইলে দেখা চরণ দুখানি।
হিয়ার মাঝারে রাখি জুড়াব পরাণী ॥
তারে না দেখিয়া মোর মনে বড় তাপ।
অনলে পশিব কিংবা জলে দিব ঝাঁপ ॥
মুখের মুছাব ঘাম খাওয়াব পান গুয়া।
ঘামেতে বাতাস দিব চন্দনাদি চুয়া ॥
বৃন্দাবনের ফুলের গাঁথিয়া দিব হার ॥
বিনাইয়া বাঁধিব চূড়া কুন্তলের ভার ॥
কপালে তিলক দিব চন্দনের চাঁদ।
নরোত্তম দাস কহে পিরীতের ফাঁদ ॥

## (৪৯) মাথুরবিরহদা দর্শন লালসা।

হন্দমুকপু ফংজরবদি চরণ অনিহু।
থম্মোহ-লকাদা থমজনি ঈংজনি থব্রায়সু ॥

মাবু উদবদা ঐগী থম্মোইসে চাকলেদা ।
বৈদা চোংশিনশিরা ইসিংদবু চোংথশিরা ।।
হুমাংসু তৈথোকচনি পান্নসু ইঙ্গনি ।
হুমাংহু হুমাই হুমঙ্গনি চন্দনসু চাইজনি ।।
বৃন্দাবনগী লৈনা পরেং লেংহুনা কৎকনি ।
শমজোইশিংদো বেণী লোয়গা চূড়া শেমগনি ।।
লাইপক্তা তিলক থিনগে শেমজগে থা চন্দনগী ।
নরোত্তমনা হায়জৈ মাহুনি লাং পিরীতিগী ।।

(৫০)

গোরা পঁহু না ভজিয়া মৈনু ।
প্রেম-রতন-ধন হেলায় হারাইনু ।।
অধনে যতন করি ধন তেয়াগিনু ।
আপন করম দোষে আপনি ডুবিনু ।।
সৎসঙ্গ ছাড়ি কৈনু অসতে বিলাস ।
তে কারণে লাগিল যে কর্ম্ম-বন্ধ-ফাঁস ।।
বিষয়-বিষম-বিষ সতত খাইনু ।
গৌরকীর্ত্তনরসে মগন না হৈনু ।।
কেন বা আছয়ে প্রাণ কি সুখ পাইয়া ।
নরোত্তমদাস কেন না গেল মরিয়া ।।

## নুঙাইতবা ফোংদোকপা (আক্ষেপ)

গৌরাঙ্গ প্রভুবু নীংজদনা শিগদোরে ।
প্রেম কৌবা রত্ন-ধন থওইদবনা মাঙহনখ্রে ।।

লল নত্তবদ' হোৎনহ্নুনা লন্দি হুন্দোকপ্রে।
ইশাগী কর্ম্মদোষদা ইথস্তা লুপচরে ॥
সৎসঙ্গ থাদোক্তুনা অসৎকা নোক থেরুরে।
মরম 'হুদগী কর্ম্মগী থৌরীনা পুন্নরে ॥
বিষয়গী থারবা হুবু তত্তনা চারুরে।
গৌরাঙ্গকীর্ত্তনগী রসদা পুকনিং লুপলুপ্রে ॥
করিবু হুণ্ডাইহনা হিংবা শারি থন্নাইসে।
নরোত্তমদাসনা করিগীনো শিত্রিবসে ॥

(৫১)

বৃন্দাবন রম্যস্থান, দিব্য চিন্তামণি ধাম,
রতন মন্দির মনোহর।
আবৃত কালিন্দী নীরে রাজহংস কেলি করে,
তাহে শোভে কনক কমল ॥
তার মধ্যে হেমপীঠ অষ্টদলেতে বেষ্টিত,
অষ্টদলে প্রধানা নায়িকা।
তার মধ্যে রত্নাসনে, বসি আছেন দুইজনে,
শ্যাম সঙ্গে সুন্দরী রাধিকা।
ওরূপ লাবন্য রাশি, অমিয় পরিছে খসি,
হাস্য পরিহাস সম্ভাষণে।
নরোত্তমদাস কয়, নিত্যলীলা সুখময়,
সদাই স্ফুরুক মোর মনে ॥

## (৫১) লালসা

নিংথীরবা বৃন্দাবন, মক্ত বা চিন্তামণি ধাম,
রত্নগী মন্দির পুকনিং হুরবা।
কোয়না চেনবী যমুনাগী ইশিংদা কাংঙা শান্নরি,
সনাগী থম্বাল শাংলি মাত্থদা ।।
হেম পীঠ লৈ মাত্থদা, লৈনা নিপান্না কোয়শিনবা,
নিপান্দুদা লুচিংবী নায়িকা।
ময়ায়ত্থদা রত্নাসন্দা, ঙাম্বোইরিনে অনিমকনা,
শ্যামগা লোয়নবী নিংথীবী রাধা ।।
অনিগী ফজবা শকফম, অমৃত খিকথরকপগুম,
কাগি যুগাই মীনোক মীকোনা।
নরোত্তম দাসনা হায়জৈ, নিত্যলীলাদি নুংঙাইজৈ,
তত্তনা ফাওসন্থু পুকনিংসিদা।

## (৫২)

কদম্ব তরুর ডাল, নামিয়াছে ভূমে ভাল,
ফুটিয়াছে ফুল সারি সারি।
পরিমলে ভরল, সকল বৃন্দাবন,
কেলি করে ভ্রমরা ভ্রমরী ।।
রাই কানু বিলসই রঙ্গে।
কিবা রূপ-লাবণি, বৈদগধ-খনি ধনি,
মণিময় আভরণ অঙ্গে ।।

রাধার দক্ষিণ কর, ধরি প্রিয় গিরিধর,
মধুর মধুর চলি যায়।
আগে পাছে সখিগণ, করে ফুল বরিষণ,
কোন সখি চামর ঢুলায় ॥
পরাগে ধূসর স্থল, চন্দ্র-করে সুশীতল,
মণিময় বেদীর উপরে।
রাইকানু করযোড়ি, নৃত্য করে ফিরি ফিরি,
পরশে পুলকে তনু ভরে ॥
মৃগমদ চন্দন, করে করি, সখীগণ,
বরিখয়ে ফুল-গন্ধরাজে।
শ্রমজল বিন্দু বিন্দু, শোভা করে মুখ ইন্দু,
অধরে মুরলী নাহি বাজে ॥
হাস বিলাস রস, সকল মধুর ভাষ,
নরোত্তম মনোরথ ভরু।
দুঁহুক বিচিত্র বেশ, কুসুমে রচিত কেশ,
লোচনমোহন লীলা করু ॥

## (৫২) লালসা

কদম পাম্বীগী মশানা, হাইথরকলে লৈপাক শোকনা,
চবুল চবুল শাংকাইরে মপান্না।
শন্নে সুংশিবা মনমনা, বৃন্দাবন পুম্বা শীম্মুংনা,
শান্নরি থোইমু লাবা অমোমনা ॥
রাধাশ্যামনা শান্নরি সুঙাইনা।

কয়া নৌখ্রবা শককমনো, হৈশিংলবী ইবেম্মদো,
মণিগী আভরণ খোল্লি অঙ্গদ ॥
শ্রীরাধিকাগী খুৎ য়েত্তা, পায়ত্নুনা গিরিধারীনা,
লেঙলকলে তপন কেনা ফজনা।
সখীশিংনা নাকয়েত্তা, লৈ চাইরি নোং ওইনা
চামর খোগল্লি কনাগুম্বীনা ॥
লৈমায়স্ত ব্রাউরে লৈরিকনা, কয়াস্তু ঈংলে থাবম্না
মণিতনা শাবা বেদী 'থক্তা।
রাধাশ্যামনা খুৎশমননা, জগোই শারি লৈনা লৈনা,
হকচাংদা তুজুংই শোকনবদা ॥
মৃগমদ চন্দন্দো, সখীশিংনা পায়রেদো,
চাইরে গন্ধরাজ কৌবা লৈস্তু।
হুমাংনগা মরিক মরিক, মায়থোংথাদে তনিক তনিক,
খোংজেদো মুরলি চিম্বান্দস্তু ॥
ফাগি যুগাই কে-ন-মীনোক, হুংশিবতা ভায়বা খোম্থোক,
নরোত্তমনা নীংবা থুংজরেদা।
অনিগী নিংথী 'ফিজেৎনে, লৈত্তনা য়েৎপা শমলাংনে,
মীৎ পেন্নবা লীলা তৌবিয়ুদা ॥

(৫০)

আজি রসে বাদর নিশি।
প্রেমে ভাসল সব বৃন্দাবনবাসী ॥
শ্যামঘন বরিখয়ে প্রেম সুধাধার।
ক্রোরে রঙ্গিণী রাধা বিজুরী সঞ্চার ॥

প্রেমে পিছল পথ গমন ভেল বঙ্ক।
মৃগমদ চন্দন, কুঙ্কুমে ভেল পঙ্ক ॥
দিগবিদিগ নাহি, প্রেমের পাথার।
ডুবি নরোত্তম না জানে সাঁতার ॥

(৫৩) লালসা

ঙসি অহিং রসনা নোং চুরে।
বৃন্দাবনবাসী ঙমনমক প্রেমদা তাউথরে ॥
মনশ্যামনা থিকথরে প্রেমগী অমৃত ঈরা।
নোংথাং কুপলকলে তম্পাক্তা নোকখেরিবী রাধা ॥
প্রেমনা নীংহন্নরে লম্বী কারন তুরন চৎলে।
কস্তুরী চন্দন্না কুঙ্কুমনসু লৈথোম থোকলে ॥
মাইকৈ মফম খঙথিদরে প্রেমগী ঈপাক্তুদা।
নরোত্তমদি লুপচরে ঈরোইবা হৈতবনা ॥

(৫৪)

হেদে হে নাগরবর, শুন হে মুরলীধর,
নিবেদন করি তুয়া পায়।
চরণ নখর মণি, যেন চাঁদের গাথনি,
ভাল শোভে আমার গলায় ॥
শ্রীদাম সুদাম সঙ্গে, যখন বনে যাও রঙ্গে,
তখন আমি দুয়ারে দাঁড়ায়ে।
মনে করি সঙ্গে যাই, গুরুজনার ভয় পাই,
আঁখি রইল তুয়া পানে চেয়ে ॥

চাই নবীন মেঘ পানে, তুয়া বঁধু পড়ে মনে,
এলাইলে কেশ নাহি বাঁধি ।
রন্ধনশালাতে যাই, তুয়া বঁধু গুণ গাই,
ধুঁয়ার ছলনা করি কান্দি ॥
মণি নও মাণিক নও, আঁচলে বাঁধিলে রও,
ফুল নয় যে কেশে করি বেশ ।
নারী না করিত বিধি, তুয়া হেন গুণনিধি,
লইয়া ফিরিতাম দেশ দেশ ॥

অগরু চন্দন হইতাম, তুয়া অঙ্গে মাখা রইতাম,
ঘামিয়া পড়িতাম রাঙা পায় ।
কি মোর মনের সাধ, বামন হয়ে চাঁদে হাত,
বিধি কি সাধ পূরাবে আমায় ॥
নরোত্তম দাসে কয় তোমার উচিত হয়,
তুমি আমায় না ছাড়িহ দয়া ।
যে দিন তোমার ভাবে, আমার এ দেহ যাবে,
সেইদিনে দিও পদছায়া ॥

## (৫৪) অহেনবা শৈরেং ।—প্রার্থনা—

ওহে নাগর চান্নখোইবা, তাবিয়ু হে মুরলী পায়বা,
হঙ্গচ্চরি চরণ থম্বান্দুদা ।
চরণগী খুজীন পরেংদি, থানা পরেং লেংবগুম্মি,
ওক্তা শিরবদি ফজনিদা ॥
শ্রীদাম শুদাম লোয়নচুনা, বন্দা লেংঙমদাই মত্তমদা,
খোংজীন্দা লেপ্তুনা লৈদো ঐনা ।

তুংইঙ্গনিং পুকনিংনদি, গুরুজনবুদি কিস্ন কি,
শীংসিদি লৈদো নঙোন্দা য়েং'না ॥
উজরুরগা 'নাংহৌবু, নীংশিংই চায়থোইববু,
ইশমসে থোকলবস্ন পুন্দেদো ।
চাকথোং শঙদা চঙলগা, নংগী গুণবু শকলগা,
মৈথু খুবা শাফুনা কপচৈ'দা ॥
মণিস্ন নত্তে হীরাস্নু, ফাজীদা পুনগে হায়র'স্নু,
লৈমকস্ন নত্তে শমদা থেৎনবা ।
ওইজরমত্রবদি তুপা, নংবুনে হে গুণ নিধি,
কোয়না পুজরম'নি দেশ কয়া ॥
অগুরু চন্দন ওইর'দি, শ্রীঅঙ্গদা পকচরম'নি,
ওাও ঝা চরন্দা শিস্থরম'নি ।
ঐগী পুকনি'না পামজবা, থীকনেম্বনা থাবু লাম্বা,
থুংহনগত্রা বিধি নীংজবসি ।
নরোত্তম দাসনা হায়জে, অসিমদি তৌবিকৈ
চানবিত্নুনা ঐবু থাদোকপিন্নু ।
নংবু নীংশিং নীংশিংজনা, দেহসি থাদোকপা হুমিত্তা,
চরন্দা চঙজফম পীনবিয়ু ।

মতাং অসিদা শ্রীনরোত্তমদাস ঠাকুর মহাশয়গী
প্রার্থনা লোইয়ে ॥